# থা[illegible]লোন্ থাঙচং

ফোংদোকপা : শ্রীমতি কোনসম ওংবী জামিনী দেবী
খুরাই কোনসম লৈকাই, ইম্ফাল।



কপি মশীং : ১০০০

অহানবা থুংনম : ২০০৬ ইং

মমল : লুপা ৫০.০০



নম্ফম : ঐজ্ঞা কম্পুটর প্রিন্টিং সেন্টর
নাওরেমথোং তখেল্লম্বম লৈকাই,
ইম্ফাল।

লাইরিক ফংফম : ১। অইবগী য়ুম,
খুরাই কোনসম লৈকাই, ইম্ফাল।
২। রাজেশ বুক ষ্টোর,
গভনর রোড, ইম্ফাল।

# ৱাহয় খরদং

থাঙ্লোন্ থাঙ্চৎ কৌবা পুয়া অসি অরিবা মৈতৈ ময়েক্তা অহল লমনশিংনা ইদুনা থম্বীরম্বা লাইরিক্নি। লাইরিক অসিদা মৈতৈগী মশক নাইরবা লাই হাকথক্তুগী লৈরক্লবা থাঙ্শিংগী হৌরকফম, মওং মতৌ, মতিক ময়াই অমদি থাঙ্শিং অদুগী থাঙ্চৎকা মরী লৈননা পুৱারী অমসুং অতৈ ৱারী শিংবুন কয়াসু মরিক চূম্না ইরবা লাইরিক্নি। অমরোমদা থাঙ্ হায়বসি মৈতৈ ফুরুপকী ওইনদি তৎন-থানবা য়াদ্রবা খ্বাইদগী মরু ওইবা খুৎলাইনি। শাফম-লানফম্মচিংবদা শীজিন্নরকপদা নত্তনা থাঙ্ হায়বসি মৈতৈগী লাইনিং লীচৎ অমদি অতৈ নাৎকি থৌরমশিংগা শাগোন্নদুনা লাক্লবা খুৎলাইনি। শমজীল্লবদা থাঙ্দি মৈতৈ সমাজগী য়াংলেন শরুনি।

লাইরিক মচা অসিদা ইরম্লিবশিং অসিনা থাঙগী মরমদা থিজিল্লিবা মীওইশিংদা কান্নবা খরদং ওইরবসু পীবা ঙমগনি খঞ্জবদগী মীয়াম্না পাবদা খুৎলোয়নবা বাঙ্গলা ময়েক্তা ইথোক্লুনা মীয়ামদা লাম্থোকচবনি। লোয়ননা অৱাৎ-অপা খজিক্তং মেনখৎপা ওইনা লাইরিক অসিগী অরোইবা শরুক্তা 'নিংথৌলোনকি থাঙ্' কৌবা, ঐখোয়গী মৈদিংঙুশিংনা পায়রম্বা শূরম্বা থাঙ্গী মমিং মথা ইবা পুয়া মচা অমসু হাপচিঞ্জরে।

লাইরিক অসিদা অশোয়-অঙামনচিংবা য়াওরম্লবদি লাইরিক অসিবু পাবিরিবা ওঝা-গুরুশিংনা তাকপীরক্লবগীদমক্ষ ইকোক নোঞ্জরি। মক্তংগী খুৎনমদা চুমথোকচগে।

ডা. কোনসম মনিকচান্দ সিংহ
১৪/৪/২০০৬

# থাঙ্লোন্ থাঙ্চৎ

কুরু সিতাপা নঙ্পু খুরুম্না য়ীচাকে। তাইপঙ্পান্পা অসিপু তাইপঙ্পান্পা কৌতারিগৈ করিসুঙ্ করিসুঙ্ লৈতারিগৈ, আমম্পাপু অতিংঙা কৌগৈকি, আমম্পাকি হংলক্পা য়াথংনে। তাইপঙ্পান্পা মপুনা লৈপাক্ অসিপু নুমিৎ খুতিং হৈয়িৎ কাংগ্রৌকুম্না চাক্সৌ মপীকুম্ চাউখৎলক্পা মাহাক্না য়ীন্খায়রক্গৈতা পোক্খিপানা কুরু য়াথংনে।

তীন্ সিতাপানা চাক্সৌ মপীকুম্না নুমিৎ খুতিঙ্ সৌতুনা সেম্লক্পা মাহাক্না মাথানা য়ীন্খায়রাপাকা পোক্খিপানা ময়ানা সিঙ্চঙ্ য়োৎ ওইখিএ। মমিংতী চাখাপা কৌএ। চাখাপানা আরোক্ আরায় পোক্এ। আরোক্ আরায়না ঙাইতে ঙম্পা পোক্এ। ঙাইতে ঙম্পানা লেঙ্মন্ কাইমন্পাকি মায়াংকি সরা লুতা চঙ্তুনা সিরে। মানাক্ অসাংপানা থাঙ্সাং কাপাক্থাঙ্ ওইখিএ। মমিংতী হাই কুপ্ লেল্ ফিরোক্থাঙ্ কৌএ। ফিরোক্থাঙ্ কৌপাতী লৈপাক্কি মফি লৈচিন্পু নোংথাঙ্ কুপ্লাপাকা লৈচিন্পু থাঙ্ অতুনা হাইথোক্তুনা নোংথৌপু সেংহান্এ। অতুকি ফিরোক্থাঙ্ কৌএ। নাক্লু মোইফাংতোন্না থাঙ্সাং মায়ী ওইখিএ। মমিংতী মপাথাঙ্ কোংয়ীপা কৌএ। থাঙ্ অনীমা অসিতী নোংচুপ্কি পাসা নিংথৌতা পীখিতুনা পাঙন্না সুখিএ।

তীন্ সিতাপাকি মরৈনা পুকক্ থাঙ্ কৌএ।
মমিংতী পুক্ ফাৎ থাঙ্ হাই তরং কৌএ।
থাঙ্ অতুতী সা ওইপা খৈপিক্তা লৈপানে।
তীন্ সিতাপাকি মপৈনা তেম্ সাপানে।
কবো লৈতেং মানপী মওংনে।
মমিংতী তরং তরং হাই কুপ্ লং কৌএ।
পান্পোম্ য়েৎনা তরুং থাঙ্ ওইখিএ। কবোতা পীখিএ।
চাকোৎনা থাঙ্চৌ ওইখিএ।
সেংচৌনা কবোথাঙ্ কোইরেম্পা ওইখিএ।
চাংচৌ খুৎফাংতোন্না সিংতুম্ সংকাই ওইখিএ।
নাক্লু মোইফাংতোন্ অপীসানা হৈচারাং ওইখিএ।
য়ুংপঙ্না খাংসু তা ওইখিএ।
মাহোপ্না লুকক্ থাঙ্ ওইখিএ।
লৈমারেন্ পান্থোইপীনা সিন্ পীকে হায়তুনা মাহাক্তাকি
পুথোক্পা খুৎতোন্পীনা
চৈসু থাঙ্ ওইখিএ।
মসেঙ্তোন্না য়েন্থাঙ্ ওইখিএ।
খুৎপাক্না খোয়রেন্ থাঙ্ ওইখিএ।
তীন্ সিতাপাকি মায়ুংকন্না ফেন্তিন্ ওইখিএ।
মায়ুংপঙ্না নাহুন্ ওইখিএ।
তীন্ সিতাপাকি মাকোইনা কোইরেন্ তরেৎমানা
লোঙ্লেন্ ওইখিএ।
তীন্ সিতাপাকি খুৎনিংথৌ অনীমানা তেন্পী ওইখিএ।
মারিন্না থৌরী কোংকোই য়াইওইপা ফিপুন্ য়াই ওইখিএ।

মাতীনা থেংকু য়াই ওইখিএ।
লুম্ অনীমানা হিখোম্ য়াইখোম্ ওইখিএ।
মীৎ অনীমানা অমনা তম্ফা য়াই ওইখিএ।
অমনা মানিক্ য়াই ওইখিএ।
মাসিংখানা নোংথৈ য়াই ওইখিএ।
লিন্কোইনা কোন্থোঙ্ য়াই ওইখিএ।
খায়াৎনা কাতি য়াই ওইখিএ।
সম্পোম্পীনা নুঙ্সূক্ য়াই ওইখিএ।
মাখোঙ্না য়োৎখোক্ য়াই ওইখিএ।
কাম্য়ানা য়োৎহিং য়াই ওইখিএ।
খুৎতোন্পীনা কোন্হিং য়েৎতুম্ ওইখিএ।

অসি খৈপিক্পু তাইপঙ্পান্পা মপু চাক্সৌ মপীকুম্পা লাই তীন্ সিতাপানা মাহাক্ থুম্খায়তুনা তাইপঙ্পান্পাকি পুপা ঙম্নানাপা সেম্লে। তীন্ সিতাপাকি য়ীমু য়ীঙাংনা মাঙ্ফাতাপা থাউ সনাহিতাক্ য়াই ওইরে।

হৌচিক্তী লাই অয়াম্পানা মাকি মাকি খুৎসু ওইনা লৌপা খঙ্না ব্রাপু হায়কে।

থংচিঙ্কি থাঙ্তী তেম সাপানে।
অপান্পাকি থাঙতী পুকক্নে।
কুরুকি থাঙ্তী তরুং থাঙ্কা মায়ীকা
কাপাক্থাঙ্ তেম্ সাপাকা অহুম্মানে।
থংচিঙ্কিনে লাইরেম্মা লৈমা তানু অপীসাকিনে
লাই অহুম্মাকি থাঙনে।

লৈমারেন্ সিতাপীকি থাঙ্তী হৈচারাংকা নুঙ্সম্পাকা
নাউকন্ থাঙ্কা য়েন্থাঙ্কা থাঙ্ মরিমা অসিনে।
ঙাইতে ঙম্পাকি য়া কুন্থরামানা ওইখিবা থাঙ্নে।
অসিনে।
থাব্রারেন্কি থাঙ্তী থাঙ্চৌনে।
মারচিঙ্কি থাঙ্তী চৈসু থাঙ্নে।
কৌপারুকি থাঙ্তী কোইরেম্পানে।
অসিপাকি থাঙ্তী কায়রেম্পাকা
লুকক্ থাঙ্কা অনীমানে।
অতিয়াকি থাঙ্তী চক্থাঙ্নে।
পোইরৈতোন্কি খুৎসুতী খাংসুনে।

অমাসুঙ্ থংচিঙ্ মাকি চিঙ্ তময়াতা লাইফম্ য়ীরাৎফম্কি মখাতা থংচিঙ্না মথি ফোংলাপাকা চুঙ্ কুপ্ থাঙ্ কুপ্ সায়ে। অতুকা চুঙ্সু থাঙ্সু য়াল্লম্এ। অতুকি চুঙয়াল্ থাঙয়াল্লম্ কৌএ।

থাঙ্ তেম্ সাপাপু মারচিঙ্না ব্রাইনাখিতুনা নোংসাখম্তা থাঙ্ অতু সুতুনা নুমিৎপু য়ুকৌএ। মারচিঙ্না সরাং লৈসাংথেম্ পোক্পা খম্চিঙ্কোন্ সাপা য়োইমোংপা সাপাকি মমিনা য়োয়পীরোক্। লাইখুরোন্পী। লাইসারা মওন্ য়াম্পী। লাইসারাকা পাখংপাকা ওংনাতুনা খুই পোক্খি।

অমাসুঙ্ অসিপানা পাখংপাপু নুমিৎ মনুংতাকি হংকাম্ মরু মরম্ লেন্কি মসক্কুম্না নোংলুম্ ওইনা থম্লাপাতা ঙান্পা পোক্পা খম্চিঙ্কোন্কি মমিনা তাউরোইনাই সাতুনা ময়াতা উম্তুনা মনিংসানা মৈপুন্ হাইচাউ ওইরে। চীরেন্ লাংয়েন্না

চপ্থাঙ্ য়ারোঙ্ ফাল্লে। মমৈনা চোঙ্লেন্ য়ীন্চম্ খল্লে। অতুকা পুথখিরে। পুরুম্মা কৌরে। মমিংতী নোংতারেন্ তু কুপ্ লিক্ কৌএ। মরুম্ অতুপু থিরুতুনা পুরক্এ। পুথিপা কৌএ। মরুম্ অতুপু য়োয়পীরোক্না হুম্নি পান্পা থাকি মসক্কুম্ য়াঙমলে। তাউরোইনাইনা ময়া কাথোক্লক্পনা নিনি পান্পা থাকি মসক্ ওইরে। অনীমা পুক্ মান্নরে। মমিংতী থাপুম্লেন্ কৌএ। অসাইকি মচু লেন্কুম্পাপু তায়না ওল্লে। তাইপীরোক্ কৌরে। য়োয়পীরোক্তা তাউরোইনাইপু পীহল্লে। লোয়রে। লোইরেন্ কৌএ। চিঙ্কি লোক্চন্ অসুক্পা মসক্ ওইরে। মখুন্ সারে। মখুন্তা কোল্লে। অতুকি কুরাপী লোক্ কৌরে। মাহৌ মাহৌ চাতানা থক্তানা চাক্হেন্না কোল্লে। অতুকি মাহৌ চাতালোক্ কৌএ।

পাখংপা কোক্তারিঙৈতা লাইরেম্মা হেন্লোয় তরেৎমানা লাইরেম্মা লাখা মরি লিসিঙ্ অনীমকা অসিনা পাখংপাপু কোয়না ঙাক্লে। লাইরেম্মা অয়াম্পীসিংকি নিংথৌতী য়োয়পীরোক্নে। চহী কুম্সিঙ্ লিসিঙ্ অমা কোল্লে। মপা অমতাসুঙ্ লৈতে। অমাসুঙ্ পোইরৈতোন্সুঙ্ থাব্রারেন্কা খুৎ অয়াম্পাকা লোয়ননা লৈখাতা মরৌ সানা পাখংপাপু কোন্খিসুনো হায়তুনা লৈখাতা ফানা থম্পা চহী কুম্সিঙ্ চাহুম্ সুনা লৈখাতা লিএ। য়োয়পীরোক্না কোল্লিঙৈকি থাঙ্তী চক্থাঙ্নে। য়োয়পীরোক্না চহী কুম্সিঙ্ লিসিঙ্ অমা সুরপাতা তাউরোইনাইকি চীরেন্তা য়োয়পীরোক্না কোল্লি। অতুনা চীরেন খোইরু য়োম্পাকুম্ কোল্পাপু পোক্খায়রে। পাখংপা পোক্লে। অতুকি সাচিফোয় থা কুম্ হৌপা নুমিৎ নিংথৌকাপা কৌরে।

পাখংপানা কোক্‌লক্‌পাপু নোংমা পান্‌পা থাকি মসক্‌কুম্‌না তাকোন্ তাকোন্‌না তথোৎ তথোৎনা তমেং তমেংনা তরং তরংনা থাকি মসক্‌কুম্ থোক্‌লক্‌এ। মমিংতী থাচা পাখংপা কৌএ। নিংথিনা নোংথৌ তীন্‌কুম্‌না কাখৎলক্‌এ। অতুকি নিংথৌকাপা কৌএ। পাখংপা কোক্‌তুনা য়াকারে। চক্‌থাঙ্‌পু য়াকাথাঙ্ কৌরে। তীন্‌না কাঙ্‌না উচেক্‌না সানা ঙানা হরাউনা য়াকারে। হরাউরে। চক্‌থাঙ্ মথক্‌তা অমা লোঙ্‌লে। মমিংতী য়াকাথাঙ্ অরোঙ্‌পা কৌরে। অসিতী তাউরোইনাইকি চীরেন্‌নে। লৈপাক্‌তী তাউরোইনাইনে। থরায় মমিনা পোইরৈতোন্‌নে খঙ্‌ও:।

চাকোৎ থাঙ্ অতুপু য়োয়পীরোক্‌না পাখংপাপু হংকাম্ মরু মবম পিক্‌না মাহাক্ চেপ্‌না নোন্‌না লাই খরাই উতুনা কোল্‌ঙৈকি থাঙ্‌তী চক্‌থাঙ্‌নে। মহুম্‌তী নোংতানে। পাখংপাতী লিন্ অপীসা ওইনা কোক্‌লক্‌লে। লৈপাক্‌তা মখুন্ সারে। খুন্‌পীলোক্ কৌরে। লৈনুংতা লৈএ হায়পাকি লৈনুং লোন্‌চা পাখংপা কৌরে। লৈনুংতা লৈপা চহী লিসিঙ্ অমনে। পাখংপা কোক্‌লাপাতা নোংথিন্‌তী লিন্ ওইয়ে। অহিংতী মী ওইয়ে। খাপা লইরেন্‌না উসোইসঙ্‌তা লৈএ। খাপানা লাইসারাপু ওংনাএ। নোংথিন্‌তী লাইসারানা লাইখুলোন্‌পী কৌনা থাব্রারেন্‌তা লৈএ। অহিংতী পাখংপাকা লৈএ। লাইসারাতী মহাক্ থেৎলে। পীথেৎ লৈমা কৌরে। লাই অহুম্‌পু মাহাক্‌তা লোন্‌না পুএ হায়পাকি লাইখুলোন্‌পী কৌএ। লাইখুলোন্‌পীনা মাহাক্ থেৎপাপু মপুং ফারে। থাব্রারেন্‌না মারৌ সারে। পোইরৈতোনপু কৌথোক্‌লে। লৈনুং লোন্‌চা পাখংপানা পোইরৈতোন্‌কি মী অয়াম্‌পা খোম্‌লে। পোইরৈতোনতী নুংসি

নুংপঙ্না পোইরৈতোন্ লৈঙম্পাপু খমচিঙ্কোন্না উতুনা পাউ হায়ঙম্লে। খম্চিঙ্কোন্না হায়য়ে। করিপু হায়পানো ঐকি য়ীতুসুঙ্ মুন্খিরে হায়না পাউ হায়ঙম্এ। পোইরৈতোন্না ঐকি য়ীতু মুন্খিরে হায়পা অসিতী কুরু ওইরে হায়না তান্সিন্খিএ। খম্চিঙ্কোন্না চিঙ্ অমা ওইনা ওন্লে। পোইরৈতোন্না চিঙ্ অতু পুরক্লে। চিঙ্ অতুনা কিন্থাখিতুনা পোইরৈতোন্কি মখুৎতকি মাঙ্খিরে। নুঙ্ অমা তারক্লৌএ। মমিংতী মারচিঙ্ কৌএ।

পাখংপানা লিন্ ওইরিঙৈতা লাইসারানা লৌ ঙাক্এ। লৌফমতী চাতুম্ পান্পা লৌফম্নে। লাইসারানা লৌ ঙাক্পাতা পাখংপানা নোংথিন্তী লিন্ ওইতানা লোইরেন্তা লাই খিপিক্কা য়াকাএ। অহিংতী মী ওইতুনা লাইসারাকি লৌ ঙাক্ফম্তা লৈমানাএ। অতু মতুংতা লাইসারাতী মাহাক্ থেৎলে। অতুপু উতুনা মপানা হংএ। লাইসারা নঙ্না নপুক্ কংপাপু মপা কনানো হংএ। মপা খঙ্তে খুম্এ। খঙ্তাফতে তাক্ওঃ হায়য়ে। খঙ্তে অহিংতা মরাক্এ। নোংথিন্তী উতে হায়না খুম্এ। অতুতী লুম্কে হায়এ। নুমিৎ খুতিং লাক্এ লুম্ওঃ হায়য়ে। মপানা চুঙ্ থাঙ্ পায়না লুম্পাপু পাখংপাতী লাইসারা তান্না লাক্তানা লাইসারাকা ফম্মানারিঙৈতা মপানা ফারে। হাৎকে তৌরে। পাখংপানা খাপা হাৎকুনো হায়এ। খাপানা হায়এ। নঙ্তী কনানো, হংএ। ঐতী পাখংপানে খুম্এ। অতুতী তৌরকুনো। খাপাকি মচা লাইসারাপু নাহা ওইনা মপুক্ কংএ। মপাসুঙ্ খঙ্তে হায়না নোক্নাকনি য়ীকাইএ। মী ওইরো হায়পাপু পাখংপানা কুম্সিঙ্ মসিঙ্ ব্রাংলিএ ওইঙম্লোইএ হায়না ব্রাকন্খিএ। খাপাতী কন্চাওখিএ। অসুম্না

পাখংপানা লিন্ ওইরিঙৈতা খুই পোক্লে। চেন্পা চৎপা হৈরাপাতা লাইসারানা নুঙ্কোইপীতা ফৌ ফৌএ। মমানা খুই ফৌ ঙাক্লম্ও: য়ীমাতী লৈকাই পোইলুকে হায়না ফৌ ফৌএ। খুইনা ফৌ ঙাক্এ।

পাখংপানা মচানা ফৌ ঙাক্পাপু করম্ তৌপা য়েংকে হায়না মচাপু তম্নাকে হায়না লিন্ ওইনা লাক্লে। অতুকা পাখংপানা ফৌরা মপান্ কোয়না চৎপাপু খাপানা উতুনা খুইতা তাক্লে। খুই নঙ্পু নমানা ফৌ ঙাক্ও: হায়পাতী নঙ্কি ফৌতী লিন্ অমনা ঙমনা চারে হায়না তাক্লে। খাপাতী পাখংপানে হায়পা খঙ্তুনা কন্চাওপানা মচা অপঙ্পাপু হাৎহন্কে থৌরাংলে। য়ীপু অতুতী কম্তৌকনি হায়এ। খাপানা হাৎনবা চৈতী সে হায়না তৌপু পীতুনা খুইনা তৌ অতু লৌতুনা হাৎলে। খুইনা য়ীপু কতাইতা হুন্থোক্সিপা হায়এ। খাপানা নুংচেংতা হুন্থোক্ও: হায়তুনা খুইনা নুংচেংতা হুন্থোক্লে। লাইসারানা তন্না হংএ। য়ীপুংঙো খুই নঙ্না ফৌ ঙাক্পাতী করি করি লাক্পানো হংএ। খুইনা খুম্এ। করিসুঙ্ লাক্তে। য়ীপু খাপানা য়ীন্সিন্তুনা লিন্ অমা লাক্পাপু হাৎলে। নুংচেংতা হুন্থোক্লে হায়না তাক্লাপাকা লাইসারাতী কপ্লে। নুংচেংতা লোং খোন্কে হায়তুনা লাইসারানা ঙাংঙোই য়োইমোংপাকি লোংলোয় তরেৎমাপু ব্রাইলুইএ। য়ীসাপী লাইরেন ঙাংঙোই য়োইমোংপাও: নঙ্কি পায়া চেপ্সি লোং, সংকায় তোন্নৌ লোং, ফুম্থি হামক্ লোং, চোম্লাং খোঙ্থীন্ লোং, লোংলোয় তরেৎ থৌনেক্লুতুনা লাইসারা হেনলোয় তরেৎমানা লোং খোন্পাপু লৈতাং ঙানুরোন্ সম্ফাপীনা য়ীপেন্ লাইনা সাপী লাইসারাও: য়ীপন্ লাইরেন্ তাউরোইনাইতী ঐনা খঙ্এ হায়না

চিংতুনা পাখংপাপু লাইসারানা নোংলুম্ ওইনা খোন্খৎলক্লে। ওক্সঙ্তা লাই খব্রাইনা তাউরোইনাইকি চীরক্তা কোন্তুনা কোক্লক্লে। কোক্সঙ্ কৌএ। লাইরেন্কি মচিতা কোন্তানা নোংলুম্তাকি কোক্লে। অতুকি লাইরেন্ কোক্পা থিংকোরে সক্নারে। কোক্লক্পাতী মী ওইনা চুঙ্সুঙ্ থাঙ্সুঙ্ সুনা চোংথোক্লক্লে। চুঙ্তী থংচিঙ্নে। মমিংতী ঙাং কুপ্ ফেৎ কৌএ। থাঙ্তী তাউরোইনাইনে। মমিংতী কুপ্ ফেৎ হাই ফিরোক্থাঙ্ কৌএ। পাখংপানা খুইপু উতুনা মসম্ লাক্তুনা অয়াং লম্লেন্ লম্ চিংখিতুনা মকোক্ কম্লে। মথব্রায়তী ব্রা কম্পোং ওইখিরে। মসাতী মাঙ্ফতপাকি তাঙ্না লাই খব্রাইনা সেম্পিরে। পাখং অতেংপা নোংসু নাহা লৈহৈপাম্পা কৌরে। কক্লিঙৈতী কক্সুপা কৌএ। থাঙ্তী খুইকি মকোক্ কম্লে হায়পাকি চোঙ্কম্পা কৌরে। মওংতী কবো লৈতেং মান্পীনে। মচুতী ঙাঙ্না য়েক্এ। চুঙ্তী চুঙ্চিরেন্ হাই ফেৎ কৌএ। চুঙ্সুঙ্ থাঙ্সুঙ্ পুতুনা থেন্ কায়ে।

পাখংপানা নোংমোইনুপু খুইকিতমক্ থিচায়ে। পাখংপাকা খুইকা তাউথিঙ্মাঙ্কা অহুম্মাতী অম্হানে। য়োয়পীলোক্কা লাইখুলোন্পীকা লাইসারাকা নোংমোইনুকা মরিমাতী অম্হানে। মতীক্তী তাইপঙ্পান্পাতা তাঙ্না ফাওকে হায়তুনা মারচিঙ্না সরেন্ আমম্পা কৌনা অরেপ্পা লেঙ্তপা ওইনা ঙাল্লে। পাখংপানা মী ওইনা কোক্লাপাতা অসাইকি লোইরেন্ খুন্পীলোক্তা মাহৌ লোইনেম্কাইতা পোইরৈতোন্কি মী অয়াম্পা উচেক্ ব্রায়া তীন্ কাঙ্ সা ঙা পোইরৈতোন্সুঙ্ পাখংপাসুঙ্ থংচিঙ্সুঙ্ চুঙ্সুঙ্ থাঙ্সুঙ্ সুনা য়াকারে। পোইরৈতোন্না খারম্কি

মসক্ সানা সম্চি খাইনা সিতুনা খুং খোংলে। খুং খুং নানৌচিঙ্ কৌএ। মাহৌ মাহৌ নোয়রে। মাহৌ নোয়রে। মাহৌ নোয়তম্চিঙ্ কৌরে। মাহৌ মাহৌ পোক্লে। মাহৌ ফাইপোক্চিঙ্ কৌরে। লোইরেন্ খুন্পীলোক্তা য়াকারে।

পাখংপানা নিংথৌ ওইরাপাতা নিংথৌকি থাঙ্ অসাইকি মাঙ্তা কুরু লৈমারেন্না থোক্খিপা য়াই ওইপা থাঙ্নে, নুঙ্ সুক্, থৌরী কোঙ্কোই য়াই, থেঙ্কু য়াই, য়োৎহিং য়াই, মানিক্ তম্ফা, হীখোম্ য়াইখোম্, কোন্থোঙ্ য়াই, কোন্হিং য়েন্তুম্, হি য়াই অসি খৈপিক্ তিল্লে। পাখংপাতী নিংথৌ ওইপা মপুং ফারে।

হৌচিক্তী কুরুনা মাইকৈ নিপান্মাতা ঙাক্পা চৎখিপা থাঙ্পু হায়কে। পাখংপানা লৈসুক্ লৈসোই য়াম্পীকা, লিলান্পীকা অনীমা পান্নাতুনা পোংকা পাইখুকা অনীমা পোক্এ। কুরুনা মপাঙা অনীমাতা পাইখুতা থাঙ্ কাইরেম্পা পীতুনা মাইকৈ ঙাক্ও: সীখিএ। থাঙ্ মহাক্তী কাপাক্থাঙ্ তেম্ সাপানে। পোংতা পীখিপাতী তরুং থাঙ্কা চৈসু থাঙ্কা অনীমানে। চৈসু থাঙ্তী চুম্থাঙ্ মান্এ। তরুং থাঙ্তী পোংথা মনা মওংনে। নোংপোক্ মাইকৈরম্ ঙাক্খিএ।

পাখংপানা লাইরেম্মা অম্পা পান্নাতুনা সনা হুঙ্খাউ পোক্এ। মাপু অরাং মাইকৈরম্ ঙাক্ও: হায়তুনা চক্লাই থাঙ্কা তোন্ফাংকা অনীমা পীতুনা চৎখিএ। চক্লাই থাঙ্তী তোন্কোন্পানে। তোনফাংতী লৈখাম্ মান্না তোন্কক্পানে।

পাখংপানা লাইরেম্মা তোংত্রেংপী পান্নাতুনা য়ীপারাখম্ পোক্এ। কুরুনা মাপু পান্সাতা সীএ। থাঙ্তী থাঙ্সাং কাপাক্থাঙ্কা থাঙ্সাং মায়ীকা অনীমা পীখিএ। নোংচুপ্ মাইকৈ ঙাক্ও: সীখিএ। থাঙ্তী কবো লৈতেং মান্পী মওংনে।

পাখংপানা ওংপুলৈমা পান্নাতুনা খেন্চুম্ লেম্পা অহন্পাকা চাইপা খেন্চুম্ লেখাপা অনীমা পোক্খিএ। খেন্চুম্ অহন্পাতী কুরুনা তখেন্ লাংনুং ওইনা মখা মাইকৈ ঙাক্ও: সীখিএ। থাঙ্তী পুকন্পানে তোন্পাক্নে অনীমানে। তাসোন্কা অহুম্মা পীখিএ। পুকন্পাতী লাইথাঙ্ চেক্লাউপী মান্এ। উরেন্পী মান্না লিক্পানে। তাসোন্তী খুৎতোন্পীকি মওংনে। মাসুঙ্ অহুম্ সুইএ। তোনফাংতী তোন্পাক্পানে।

খেন্চুম্ লেম্পাতী চোথে ওইতুনা মানা সিঙ্তুম্ সংকাই পুখিএ। কপুই নিংথৌ তোন্পানা হাওথাঙ্ সাইরেম্থাঙ্ পুখিএ। মওংতী পেংপা মান্না তোন্কোন্এ। তাংখুন নিংথৌ ব্রায়াপাতা লাইথাঙ্ নুঙ্খন্পা পীখিএ। মওংতী লৈখাম্ তোন্লোঙ্পা মওংনে। কা নাইপানে। অসুম্না কুরুনা য়াই পুম্নামা য়েল্লে খঙও:।

হৌচিক্তী ব্রারম্ অমা হায়কে। য়োইমোংপা তাউথিঙ্মাঙ্ অনীমানা তু তেংপাতা হিকারম্তা তেংথরক্পাতা মাপু হাওয়ম্ য়ীম্নাক্ চামা তাপাতা ব্রাইথুংলে। হাওয়ম্ মরৈমাপী হাওসি পান্থোঙ্খৈপী থৌরৈ য়োৎমিংনাপী তেৎনৌ তোন্তাংনুনা পাউ হাইঙাম্এ। সানৌ য়োইমোংপা তাউথিঙ্মাঙ্ও:। নচিন ননাউতী করি লোইপু লোই হাকে লাক্পানো। কক্লেন্পানা লান্তারিএ।

কক্লেন্ মীঙম্পা নমু পোং চেন্পানা হুয়েন লানতারিএ। মোমনু ঐখোয়পু সুনা হাওতৈ কাঙ্ফাতে। লংচাক্ ওইওই হুন্ফাতে। নাম্পা তেম্চীন্ লোন্ফাতে। সুমাই নুংলাংফাতে। কংলৈ য়াথোক্ফাতে। থুম্নাউপী চাকুম্ চঙ্না পুইএ। য়েন্নাউপী চাকুম্ চঙ্না চেল্লে। মোংপা নচিন্ ননাউপু হয়রাঙৈনে হায়না পাউতাক্খোন্পু না তালাপাতা অতুনিকিতী কাক্লেন্ মীঙম্পাতী কতায়রম্ লান্তাখিপনো হায়না হংপাপু হোয়তা থোংনাং মোংপা চিঙ্নুংহুৎতা লান্তাখি পাওখুম্থিএ। অতুনিকিতী সানৌ তাউথিঙমাঙ্ও: ফানাপা থাঙ্ সাসে হায়এ। তাউথিঙ্মাঙ্না খুম্এ। করিনাপু সাসিপানো। য়োৎসুঙ্ লৈতে। খুৎসু খুৎলাইসুঙ্ লৈতে হায়না খুম্এ। য়োইমোংপানা হায়য়ে। তাউথিঙ্মাঙ্ও: ঐপু থুম্খায়ও: হায়এ। তাউথিঙ্মাঙ্না য়োইমোংপাপু কম্পোংপুৎতা থুম্খায়রে। তাউথিঙ্মাঙ্না য়োইমোংপাকি মাথাপাক্না নুঙ্ফান্ ওইরে। মাখোঙ্না নুঙ্থং ওইরে। মাখুৎনা চেকপ্ ওইরে। য়ানা মৈফম্ ওইয়ে। নাতোন্ অনীমানা মৈহুম্ উতোং ওইয়ে। সিংখাতাকি মৈ লৌএ। খোয়তৌতাকি য়োৎ পেক্এ। তাউথিঙ্মাঙ্না মসিন্ পুম্নামক্ লৌরাপাকা য়োইমোংপাতী পুম্সিল্লে। য়োইমোংপা তাউথিঙ্মাঙ্ অনীমানা কম্পোংপুৎকি লিন্ফুতা থাঙ্সাসঙ্ সারে। থাঙ্সাসঙ্ অহান্পাতী মোংপা সঙ্নে। সঙ্ সাপা লোইরাপাতা য়োইমোংপা তাউথিঙ্মাঙ্ অনীমানা থাঙ্ সাপা হৌরে। নুমিৎতী থাঙ্চানে। পুঙ্তী চোম্নে। অতুতা য়োইমোংপা তাউথিঙ্মাঙ্না থাঙ্সাপা হৌরে। হৌরাপাতা খোইয়ম্ পাফন্ অরিপানা করিনো য়ীথক্তা নিন্পা অসিপু করি

ওইরাপানো য়েংও: হায়না ঙাখা ঙাম্‌হাই সীরক্‌পাপু য়োইমোংপানা মচেকপ্‌না চপ্‌লে। মনুংথংনা ফুতুনা মৈনুংদা হুনচিল্‌লে। মথং মথং সীরক্‌পাপু য়োইমোংপা তাউথিঙ্‌মাঙ অনীমানা মথং মথং ফাতানা চাথোক্‌লে।

অতু মতুংতা খোইয়ম পাফন্ অরিপানা ঐনা থৌ সীখিপাসুঙ্‌ ঙম্‌না লাক্‌তরে হায়না কন্‌চাউতুনা পাফন্ অরিপানা মকোক্ থাংখৎতুনা য়েংলক্‌পাপু য়োইমোংপা তাউথিঙ্‌মাঙনা উতুনা মচেকপ্‌না চপ্‌কে, মনুংথংনা ফুকে তৌরপাতা খোইয়ম্ পাফন্ অরিপানা সাউরে। নঙ্‌কুম্‌পানা ঐপু নচেকপ্‌না চপ্‌কে ননুংথংনা ফুকে তৌপার্তা তৌঙাই নত্তে। নঙ্‌না কক্‌লেন্ ফাকে হায়রাপার্তী ঐঙোন্‌তাতুম্ খুরুম্‌না নিচারাপাতুম্ ঙম্‌ঙেনে। য়োইমোংপা তাউথিঙ্‌মাঙনা হায়নৈএ। তাইপঙ্‌পান্‌পাকি মপুতুম্ ওইরপোই খুরুম্‌সে হায়না খুরুম্‌পাতা তাইপঙ্‌পান্‌পাকি মমা লৈমারেন্‌না চোংথোক্‌লক্‌তুনা হায়এ। য়ীচাসা নঙ্‌খোয়না তৌপাপু তৌফাতে। তাইপ্‌ঙ্‌পান্‌পা অসি মাঙ্‌লাকানি তৌফাতে। তৌঙ্‌ম্‌লোইয়ে। য়োইমোংপা তাউথিঙ্‌মাঙ্ অনীমানা ননাই য়ীপিঙ্‌ঙানা কক্‌লেন্ ফাপা ঙম্‌কে পীনৌও: পুরুম্‌মুইএ। লৈমারেন্‌না ফাপা ঙম্‌ও: পীএ। থাঙ্‌তী লৈতে হায়য়ে। লৈমারেন্‌না মাহাকতাকি থাঙ নুঙ্‌সম্‌পাপু পীতুনা হায়য়ে। য়ীচাসা অসিনা কক্‌লেন্ মকোক্ কক্‌ও: পীরে। থাঙ্ অসিতী কোরৌ নোংসু কাফাতে মালেম্ লৈসুং তাফাতে তাউথিঙ্‌মাঙ্‌ও: নকোক্‌তা থেংও: হায়লম্‌লাপাকা মাঙ্‌খিরে।

হৌচিক্তী থাঙ্ কাইরেম্পানা মথি নাইতুনা পোংতা পাইরক্লে। পোং নিংথৌ মনাউ সম্য়োক্ ফাপানা পাসা লোই চন্পাতা থাঙ্ অতু সুলক্এ। পোং নিংথৌ মনাউ সম্য়োক্ ফাপানা পাসা নাপা চৎপাতা থাঙ্ চোঙ্কম্পাতী মখে লাংনা সঙাইসেন্কুম্ পাইখিত্না কুব্রাই ব্রাংমাতা তাখিরে। সম্য়োক ফাপাতী পাসারম্ লাকপাতা য়ীরং লান্পাতা থাঙ্ কাইরেম্পাতী য়ীশিংতা তালৌরে। সময়োক ফাপাতী থাঙ্ মাঙ্হৌপাকি পুক্নিং নুংঙাইতনা চৎলক্পাতা কুব্রাই ব্রাংমাতা থাঙ্ চোঙ্কম্পা তাওম্পাপু লান্চিংপা চাওসুবানা খুন্লে। সম্য়োক্ ফাপাতা কৎলে। সম্য়োক্ ফাপানা পাসা নাপাতা থাঙ্ অতুনা পাসা ঙম্লে। পাথান্ ঙম্লে। ফানা ঙম্লে। মংকন্ ঙম্লে। তখেন্ নাকে লাক্পাতা অসাইকি কবোথাঙ্ কাইরেম্পানা য়ীরম্ য়ীন্না লাক্তুনা তখেন্ লাংনুং পুঙতা চীরেন্ লাংয়েন্ পান্না কাখৎলক্লে। তখেন্ পুম্না হৌনা য়েংলে। তখেন্ পুননা হুপ্না ফাসে চঙখিপাপু মানাক্ য়ৌরাপাতা মাঙ্খিরে। তখেন্ পুম্না হুপ্না থিপাপু খঙ্লে। থাঙ ওইনা তাঙম্এ। তখেন্ নিংথৌতা কৎলে। তখেন্ নিংথৌনা লাই ওইরপোই হায়না লুনা থম্এ। পোংনা তখেন্ থেংলাপাতা তখেন্না থাঙ্ অতু কৎলে। পোংনা থাঙ্ অতু পুতুনা তোরপুংলম্ লাক্তানা মোইরাং তারে। মোইরাংতাকি মৈতৈতা কারক্তুনা অপোং য়ীংখোন্তা চহী চামা পান্লম্এ। থাঙ অতুকি মপান্না তুমি পাসা, ফানা, মংকন্, তখেন্, পাথান ঙম্এ। অতুকি চোঙ্কম্পাতী খুন্খোম্পা কৌএ। মাহাক্তী কবো লৈতেং মান্পীনে। ঙাঙ্না লিক্এ। কাইরেম্পাতী য়ীচাই খোম্পা কৌএ। মাহাক্তী কাপাক্থাঙ্ তেম্সা

তোন্কক্পানে। থাঙ্ অনীমাকি মপান্না মৈতৈতা চহী চামা পান্লম্এ। থাঙ্তী পাইখিরে। পোংসু চঙ্খিরে।

থাঙ্ নুঙ্সম্পাতী মখে লাংনা পাইখিরে। তাউরোইনাইনা খুমন্ তাক্হন্কে নীংতুনা ফুনান্ চিঙ্তা কাতুনা ফুনান্ তেন্হৈপা কৌরে। সন্তংকি ব্রাহৌনা মনাউকা থিনারে। মনাউপু হাৎকে তান্নারে। মনাওতী খুমন্তা চেল্লে। ফুনান্ তেন্হৈপানা সাউতুনা ফুনান্ চিঙ্তা লেপ্না তেন্ কাপ্লে। খুমন্কি কংলাকি সাইপুতা পাল্লে। তেন্কি চৈথেংনা কংলা থক্ থক্ নীক্লে। খুমন্ নিংথৌনা করি করিনো হায়না য়েংববু সাইপুতা তেন্ পান্ঙম্লে। তেন্সক্ খঙ্তারে। খুমন্ নিংথৌনা ফুনান্ তোন্পা তেন্ অসি খঙ্পারা হংএ। ফুনান্ তোন্পানা খঙ্এ খুম্এ। কনাকিনো হংএ। য়াম্মাকি তেন্নে খুম্এ। নয়াম্মাতী কৈতা লৈতানা কাপ্এ হায়এ। ফুনান্ চিঙ্তা লেপ্তুনা কাপ্এ খুম্এ। হি নয়াম্মা অসি লৈরাপাতী তাইপঙ্পান্ মাঙলাকানি। করম্না ফাসিপা হায়এ। মনাউনা খুম্এ। লায়না ফাকনি হায়এ। কম্তৌকনি হায়এ। য়াম্মানা পাম্না থম্পা সন্ অমা মাঙ্খিএ। অতু লৈরে হায়রাপাতী লাক্কনি হায়এ। খুমন্ নিংথৌনা তৌও: হায়তুনা ফুনান্ তোন্পানা ফিমুনা সনতং সারে। পানা মরিমানা লাংফম্ য়ৈনা লুম্লে। মনাউনা কৌরে। য়াম্মা নঙ্কি সন্তো লৈরে ফাচরো হায়না কৌরে। ফুনান্ তেন্হৈপানা কতাইনো হংএ। আতু লৈতো হায়রম্লাকা মাতী চেন্থোক্খিরে। সন্ ওইনা নীংতুনা হরাউনা মনম্তা লীরুং তেন্ পোতানা কুম্লাপাতা খুমন্ পুম্নামানা নম্তানা ফারে। খুমন্ নিংথৌতা পুশিল্লে। খুমন্ নিংথৌনা হংএ। ফুনান্ তেন্হৈপা

নঙ্না তেন্ কাপ্পাতী করিকিনো হংএ। ঐনা তেন্ কাপ্পাতী য়ীনাউপু পীও হায়পাপু পীতে হায়পাকি সাউতুনা কাপ্পানে হায়এ। কৈতা লৈতনা কাপ্এ। ফুনান্ চিঙ্তা লেপ্তুনা কাপ্এ খুম্এ। খুমন্ নিংথৌনা মমিৎ অনীমা হন্থোক্ও: হায়তানা হন্থোক্লে। খুমন্ নিংথৌনা হায়এ। ফুনান্ তেন্হৈপা নঙ্পু তেন্ হৈ হায়পা তায়। ঐকি মহারানিকা য়ীপিঙ্ঙা ফম্কে কাপ্ও: হায়এ। ফুনান্ তেনহৈপানা সাউতুনা নঙনা হায়লাপাতী নোংমাতোন্তা কাপ্খৎকে হায়তুনা তীন্ সিতাপাকি খুৎনিংথৌনা ওইপা তেন্পী য়াইওইপাপু সৎতুনা নোংতোন লম্ কাপ্খৎলক্লে। হন্থরক্পাতা খুমন লৈমাকি লৱাই লেন্ফুতা লৈপাক্কা তুনা পাল্লে। খুমন্ লৈমাতী মাহাক্ থেৎলে। নাউ য়াল্লে। খুমন্ লৈমাতী নাউকা লোয়ননা তুনা পানতুনা সিরে। অতুকি নাউতুখোং কৌরে। খুমন্ নিংথৌনা সাউতুনা মাকোক্না লৈখাতা মাখোঙ্না নোংথৌ ওননা পন্থোঙ্তা ফুম্লে। তেৱা ওইনা অনী লোঙ্না হৌরে। তেৱা অতুনা মপান্ সাতুনা মহৈ য়ান্লাপাতা খঙ্তাতুনা চারে। খুমন্ অপুম্পাতী ঙাওরে। তুম্নৌ মপান্তা হি হোন্লে। ৱানাপু ঙাতেন্নে ফারে। তুম্নৌনা য়ুপাপু ঙাসেক্সানা য়ুই হায়য়ে। তুম্নৌ মপান্তা হি হোন্পাতা হি থাংলে হায়রাপাকা লান্ লৈরে সেন্লোয় লংমাইনে হায়তুনা মহৈ মহৈ য়ান্নারে। খুমন্ মচেৎ অমা তাক্লে। খুমন্ নিংথৌনা উ অসিনা ওইরে য়ান্থেকও: হায়তুনা য়ান্থেক্এ। খুমন্ নিংথৌকি য়ীমচাও সাপাতা য়াঙ্ ওইনারে। য়াঙ্ ওইরাপাতা খুমন্ চাউরে। খুমন্ নিংথৌকি য়াঙ অতুনা অহিংতী তীন্য়েক্ লাইয়েক্ থোক্না মায়েক মারা থোক্না কোরোং কোরোং য়াওল্লে। খুমন্তী অমারক্ চাউরে।




থাঙ্লোন্ থাঙ্চৎ

খুমন্ নিংথৌকা মনাউকা লীকলাং মরেংগী রাহৌনা থিনারক্তুনা মনাউতী মোইরাংতা চেল্লে। মোইরাংতা [illegible] মোইরাং নিংথৌ সিহোঙ্পানা খুমন্ তোনপা নয়ীম খুমন্না চাউপা অসিপু করিননো হংপাপু তোন্পানা খুম্এ। য়াম্মাকি থাঙ্লাফু য়াঙ্ অতুনা অহিংতী তীন্য়েক্ লাইয়েক্ থোক্তুনা য়াওল্লে হায়না তাক্লে। মোইরাং নিংথৌ সিহোঙ্পানা খুমন্ নিংথৌতা য়াঙ্ অতু নিকে লাক্লে। খুমন্ লৈপাক্ য়ৌরপাতা খুমন্ নিংথৌনা য়ীতাও কতৌপা লাক্পা হংএ। মোইরাং নিংথৌনা খুম্এ। য়ীতাও নিংথৌতা ঐনা পাম্পা পোৎ অমতা নিচাকে লাক্এ হায়না খুম্এ। খুমন্ নিংথৌনা হায়ও: পীকে হায়য়ে। মোইরাং নিংথৌনা হায়এ। য়ীতাও নিংথৌকি থাঙ্লাফু য়াঙ্ অসিপু ঐনা খৈনা পাম্এ। অতুকি নিকে লাক্পানে হায়রপাতা থাঙ্ফতাপাকি পীরে। য়াঙ্ অনীমা চিংথোক্লে। মোইরাং পুম্না চিংপাপু ঙম্তারে। মোইরাংতী হয়েং চিংকে হায়না হন্খিরে। অহিংতী য়াঙ্ অতু পাইখিরে। মোইরাং তাক্হন্কে নীংতুনা মোইরাংকি অঙাংখোংতা লাইরেন্ ওইতুনা য়াওল্লে। খুমন্ নিংথৌনা তেরা অতুকি মরু ফুক্তুনা য়াইপুং সারে। খুমন্ চাউরে। মোইরাং নিংথৌনা খুমন্ তোন্পাতা অমরক্ হংএ। নয়ীম্ খুমন্না মনিন্ নাইপা অসিপু করিননো হংএ। তোন্পানা খুম্এ। য়াম্মাকি য়াইপুং অসিননে হায়রাপাতা মোইরাং নিংথৌনা হায়এ। খুমন্ তোন্পা নয়াম্মাকি য়াইপুং অসি হুপা ঙম্কাপারা হায়পাপু ঙম্কনি খুম্এ। অতু ওইরপাতী মোইরাং তংখায় য়েন্তুনা য়ীপিঙ্ঙা পান্সে হায়য়ে। ঙম্তারাপাতী নঙ্পু হাৎকে হায়রপাতা ঙম্কনি হুকে চৎখিরে।

খুমন্ তোন্পাতী খুমন্ লৈপাক্ য়ৌরপাকা য়াইপুং হুতুনা হিতা হাপ্তনা হোন্থারক্লে। য়াইপুংতী ঙরং ঙরং খোংনা ঙংলে। খুমন্ পুম্না তাতুনা তান্লক্লে। খুমন্না লোক্তাক্ য়ীচিন্তা ফংকে তৌরাপাতা তোন্পানা পুংমাই য়ান্ফাৎতুনা ফাকে তৌপাতা পুং মনুংতা ঙরং ঙরং খোংনা চেন্তুনা য়ীশিংতা চোংথাখিরে। পুংচাউতী লোক্তাক্তা লুপ্লৌরে। য়াইপুংতী চীরেন্ লাংয়েন্ পান্না তাউরোইনাই ওনতুনা খাখোং মরিন্ য়ীন্না চেন্খৎলক্লে। খুমন্ অপুম্পাতী ফংতাতুনা হল্লক্পাতা অসাইকি থাঙ্ নুঙ্সম্পানা পাইরকতুনা লম্লেন্তা ময়া লোংনা তাতুনা খুমন্ অপুম্পা মখোঙ্ তুপতুনা সিরে। থাঙ্তী পাইখিরে। খুমন্ তোন্পাতী য়াইপুং তান্খৎলক্লে। য়াইপুংতী নম্পুন্ সোয় চঙ্তুনা খাখোং মরিন্ য়ীনতুনা মৈতৈকি কাংপোকপী য়ৌরাপাতা লাইয়িংথৌতী লাইখোংতা লুপ্খিরে।

খুমন্ তোন্পাতী মৈতৈপু কিপানা কাং মরি মরক্তা কাতুনা লোৎলে। অতুকা লাইয়িংথৌনা খন্লক্এ। খুমন্ অতোন্পা অসিপু মোইরাংতা হন্খিরাপারা। খুমন্নাপু ফাখিরাপারা। মৈতৈনাপু হাৎলপারা। মনিল্ তাতরে হায়না পাখংপানা কম্তৌপা য়েংকে কাখৎলক্লে। লাইয়িংথৌনা কারক্পাকি রা রা লাউপা খোন্চেন্ তাপাতা তোন্পানা করিনো য়েংপাপু লাইয়িংথৌনা চীরেন্ লাংয়েন্ পান্না লাক্পাপু উরে, তোন্পানা নীংএ। খুমন্নাসুঙ্ হাৎকনি। মোইরাংনাসুঙ্ মহাৎকনি। লাইয়িংথৌ অসিপু ফাকে হায়তুনা মথুন্ তাখৎতুনা কাং মথক্তা ঙাইরে। লাইয়িংথৌনা কাং মখা য়ৌতুনা মাকি মপা য়ৌরপাতা চোংথাতুনা চীরেন্ লাংয়েন্ মরিমাতা

মখুৎনা চেৎনা কোন্‌লাপাতা লাইয়িংথৌতী খংতুনা খাখোং লাইখোং মরোংখোং খোং অহুম্‌মাপু তুনা চেন্‌পাপু তাতারাপাতা লাইয়িংথৌনা য়ীথক্‌তা তোংলিপা নঙ্‌পু কনানো হংপাপু খুমন্‌ তোন্‌পানা লাইয়িংথৌ ননাই ঐনে খুম্‌এ। লাইয়িংথৌনা খুমন্‌ তোন্‌পা নঙ্‌তী তৌঙাই নৎতে হায়য়ে। তোন্‌পানা লাইয়িংথৌ চৎসি হায়য়ে। লাইয়িংথৌনা তোন্‌পা ঐতী চৎলারোই য়ীকাইরে। অসাইনা চৎহৌপাসুঙ্‌ থোক্‌হৌতারে। চেন্‌লাপাতা হৌচিক্‌ নঙনা ঐপু ফাতানা চৎসে হায়পাতা চৎলাতী য়ীকাইরে। নঙকি লান্‌মিং চন্‌পা থোক্‌লে চৎলারোই। খুমন্‌তাসুঙ্‌ চৎলারোইয়ে। মোইরাংতাসুঙ্‌ চৎলারোইয়ে। মৈতৈতা লৈরাকে। তোন্‌পা নঙ্‌না ঐপু অসিতা লৈহৌএ হায়না তাক্‌লাপাতী উৎকুম্‌ তুম্‌ও চৈরে। তোন্‌পাতী হন্‌লক্‌লে। মোইরাং য়ৌরাপাতা মোইরাং নিংথৌ সিহোঙ্‌পানা হংএ। তোন্‌পা পুলক্‌পালা হংএ। ঙম্‌তরে খুম্‌এ। হায়নাঙৈতী হাৎনাপা থোক্‌লে হায়রাপাতা হাৎনাকে তৌরাপাতা মানা হাৎপাসুঙ্‌ সিপা তাক্‌লম্‌তানা সিপাসুঙ্‌ সিপা ঙম্‌লাকা ফাচাসুনো হায়তুনা তাক্‌কে নীংলে। তোন্‌পানা হায়য়ে। য়ীনিংথৌও লাইয়িংথৌতী ঐনা চৎসি হায়পা য়াতারে। মৈতৈকি লাইখোং থাঙ্‌কম্‌পাৎতা লৈহৌএ হায়না তাক্‌লাপাকা উৎ ওইনা তুম্‌লে।

মোইরাং পুম্‌না হৌনা লাক্‌তুনা মৈতৈকি থাঙ্‌কম্‌পাৎপু থীঙ্‌তুনা সীৎলে। কংলক্‌লাপাতা তাউরোইনাইপু উরে। ফাকে তৌপাপু ঙম্‌তাতুনা মৈতৈকি নুংচেংতা লুপ্‌খিরে। মোইরাং অপুম্‌পাসু হন্‌লক্‌লে। অসাইকি মোইরাংকি অঙাংখোংতা লৈপা

তাউরোইনাইনা মোইরাংতাকি হৌখিতুনা লৈমাতাক্তা উ কেরুমান্ ওইনা হৌরে।

মাঙ্তা হায়খিবা নোংচুপতা পীখিপা থাঙ্সাং মায়ী অতুনা লৈপানা মায়াংনা ফানাকা মংকনকা পাথানকা ঙম্এ। মায়াংনা মৈতিংঙু ক্যামপাতা মৈতৈপু থাঙ্ অতুকি মপান্না অনীলক্ ঙম্এ। মায়াং নিংথৌ সেন্তাপুৎনা থাঙ্ অতুকি মপান্না নিংথৌখোম্পাপু অমালক্ ঙম্এ হায়পা থাঙ অসিপু পাইরক্তুনা তায়োন্তা লৈরে হায়পাপু তারাতুনা খুমন্না থাঙ্ অতুপু পাম্তুনা তায়োন্তা থেংলে। তায়োন্না পীতে। খুমন্না থেংপাপু খাঙ্পা ঙম্তাতুনা তায়োন্না পীরে। খুমন্ মিংথাম্পাম্পাতা লৈরে। খুমন্ চাউরে। থাঙ্ অতুনা মথি নাইরে। মমিংতী চৈকন্ থেক্পা কৌরে। তাউরোইনাইকা থাঙ্ অতুকা অম্হানে। খুমন্ মিংথাঙ্পাম্পানা লংমাই খুন্কুম্পাতা খুমন্ মিংথাঙ্পাম্পানা লংমাইতা চঙ্খিলাপাতা থাঙ্ মৈ থোক্পাপু চীৎথারম্লে। অতুকা খুমন্কা লংমাইকা মৈতৈকা সারাল্নারে। অসাইকি থাঙ্ মৈ থোক্পানা ময়া লোংনা লৈঙাম্তুনা থাঙ্ ময়ানা খুমন্কি মখোঙ্ তুপ্তুনা সিরে। খুমন্ য়াম্না সিরে। থাঙ্ চৈকন্ থেক্পাতী পাইখিতুনা লৈখিরাপাতা লোইনাই ঙাসিংপানা খঙ্তুনা পুরক্লে। নিংথৌ পুরান্থাপাতা কৎলে। পুরান্থাপানা ঙাসিংপাতা পীনরে। ঙাসিংপানা মনাইতা পীনরে। মনাইতাকি অহিং পাইখিরে। থাঙ্ মৈ থোক্পাতী মসক্ ওন্লে। হাওথাঙ্ তোন্কোন্পা সাইরেম্থাঙ্ ওইরে। মেন্তে তাক্হন্কে নীংতুনা মেন্তেতো পাইশিন্খিরে। মেন্তে নিংথৌ সারাপানা থাঙ্ অতু খুন্লে। অতুকা মেন্তে

নিংথৌ সারাপানা মাকি অহোঙ্ য়ীম্ সাকে হায়না উ থিরক্পাতা অসাইকি তাউরোইনাইনা উ কেরুমান ওইহৌপা অতুপু উরে। য়াঙ্ ওইনাপা হাওথাঙ্ সাইরেম্থাঙ্না য়ান্লে। অতুকা মেন্তে নিংথৌকি অহোঙ য়ীম্ সাপা লোইরে। থাঙ্ মায়ীপাত্তী পাইখিরে।

লাইরেন্ য়াঙ্ ওইনাপা অতুনা নুমিৎতাং ওইরাপাকা লাইরেন্ য়াঙ্ অতুনা মায়েক্ মারা থোক্না তরং তরং তকুপ্ তকুপ্ মায়েক্ মায়েক্না থোক্লে। মেন্তে চাউরে। হাওতী মাঙান্ নাইরে। মোইরাং নিংথৌ সিহোঙ্পানা তারক্লে। মোইরাং নিংথৌ সিহোঙ্পানা মেন্তে নিংথৌতা য়াঙ্ অতু নিকে চৎলে। মোইরাং নিংথৌনা মেন্তে নিংথৌতা য়াঙ্ অতু পীও: থেংলে। খাঙ্ফাত্তাপা থাঙ্পা ঙম্তাপাকি পীরে। মোইরাং অপুম্পা হৌনা চিংপাপু ঙম্তারে। চিঙ্তাকি অহিং পাইখিরে। লাইরেন্ উ ওইপানা পাইখিরে হায়পাকি উলাঙ্পাই কৌরে। উ লাইরেন্ অতুনা মেন্তে তাক্হনক্কে নিঙ্লে। অসাইকি থাঙ নুঙ্সম্পানা পাইখিতুনা মেন্তে নিংথৌকি তেন্তোংতা চঙ্লে। অতুকা লাইরেন্ উ ওইপানা মেন্তে নিংথৌকি সুমাঙ্তা মাকি ব্রাই খপ্ফম্তা লৈফুৎ লৈহো ওইনা থোক্লক্লে। ব্রাইকুপ্ চারে। করিনো করিনো হায়তুনা মেন্তে অপুম্পানা ব্রাই খপ্ফম্তা খাংলি থাক্লে। লাইরেন্ অতুপু থুরে। মকোক্ কক্নাপা থাঙ্ থিপাপু মেন্তে পুম্না থাঙ্তী মাঙ্লে। মেন্তে নিংথৌ সারাপানা মাকি তেন্তোংতা করি লৈপানো হায়না হৈথোক্পাপু অসাইকি অপাইপা থাঙ্ অতু লৈঙাম্এ। অসিনা কক্ও: পীরে। মেন্তে হাওচা পাখংনা লাইরেন্ মকোক্ কক্লে। মকোক্ অকক্পাতী মৈতৈ লৈপাক্তা মৈতৈ কোনুংতা পাইসিন্খিরে।

মাতুপ্ তরামরি থোক্না কম্লে। মাতুপ্ তরেৎমাতী লৈহৌরে। মাতুপ্ তরেৎমাতী মেন্তে পুম্না হাওতী সা চানারে। মেন্তে নুখারাতী লাতী থুংলম্এ। সাতী থুংতে। মেন্তে অপুম্পাতী মানিন্ নাইনা সা চানাঙৈতা অহীংতী লৈকিন্থাখিরে। মেন্তে ঙম্না মাঙ্লে। নুখারাপীতা হিংলৌরে। থাঙ্তী পাইখিরে। মোইরাং তাক্হন্কে নীংলে। অসাইকি হাওথাঙ্ সাইরেম্থাঙ্ অতুনা পাইলক্তুনা খুয়োন খাংখা লুংপাকি ময়াম্পাকি সোয়তা লু মনুংতা চঙ্লে। থাঙ্ অতু লৈরাপাতা মোইরাং চাউরে। মানিন্ নাইরে। অসাইকি থাঙ্ নুঙ্সম্পানা পাইখিতুনা য়াওসু লাক্পাতা লৈরে। মোইরাং নিংথৌ সিহোঙ্পাকা য়াউসু লাক্পাকা থিনাতুনা থাঙ্ অনীমানা থেংতুনা মোইরাং পুম্না তাক্হন্লে। য়াওসু লাক্পানা চৎখিরাপাতা নুঙ্সম্পাতী মৈতৈতা পাইরক্লে। থাঙ্ মমিংতী ঙাইতে ঙম্পা খোংঙাই নুঙ্সম্পা হাই কুপ্ লেন্ কৌরে।

থাঙ্ চৈকন্ থেক্পা মৈ থোক্পাতী মৈতেংঙু নিংথৌখোম্পানা মোইরাং ঙম্লাপাতা থাঙ্ অতু কৎলে। নিংথৌখোম্পাতা লৈরে। অমাসুঙ্ নোংচুপতাকি ঙাইতে ঙম্পাকি নাক্লু মোইফাং তোন্না থাঙ্সাং কাপাক্থাঙ্ ওইএ। মমিংতী পুকন্পা কৌএ। পুকন্পাতী মায়াং লৈমাতাকি তখেন্ নিংথৌ চনত্রা মানিক্না লৌরে। থাঙ্ অতুনা লিন্ ওইনা লাক্তুনা কাপাক্থাঙ্ ওইরে। মংকন্তা তখেন্ নিংথৌ মনাউনা থাঙ্ অতুকা সাকোন্ মখোঙ্ মরি তাঙ্পা মালাইপক্সুঙ্ য়ীরুম্ মারম্ তাঙ্পাকা মংকন্ হাৎনাঙৈতা তোংতুনা মংকন্তা চেন্সিন্খিরে। থাঙ্ অতুনা মংকন্ অয়াম্পা য়ান্তুনা হাৎলে। ঙম্লাপাতা মনাউতা পীখিরে। চন্ত্রা মানিক্ সিরে।

মনাউনা নিংথৌ ওইরে। চনত্রা মানিক্ নিংথৌ মচাপু মংকন্ নিংথৌতা থৌখন্‌খিএ। নুংসিতুনা মপাকি থাঙ্‌তো পীঙাম্‌এ। তোন্‌লা মানিক্‌না থাঙ্‌তো পুরক্‌লে। মতোন্ সিরে। মচানা নিংথৌ ওইরে। মচা তোন্‌লা মানিকসুঙ্ সিরে। লাংথা নিংথৌ থামংচা মানিক্‌না থাঙ্ অতু লৌরে। পুকন্‌পাতী চাতা লোই চন্‌পাতা থংতা নিংথৌনা হুরৌরে।

লাইয়িংথৌ নিংথৌখোম্‌পা হাক্‌থক্‌তা লাংথা নিংথৌ থামংচা মানিক্‌না মৈতৈ থোক্‌লক্‌পাতা তখেন্ নিংথৌকি মতু থংকোংঙম্‌পীসু থোক্‌লক্‌এ। থংকোংসুতী থাসিঙ্ কুম্‌সিঙ্ সুতুনা লম্‌খাংতা মচা পোক্‌লে। মচা অতুপু থারোং মনুংতা ব্রাই হাপ্‌লাকা মচা অতু হাপ্‌তুনা পুলক্‌এ। অতুকি তখেন্ থারোং ব্রাইকুপ্ চাপা কৌএ। থামংচা মানিকতী মোইরাংতা তালাপাতা মৈতৈ লৈপাক্ য়ৌকে হায়তুনা কোনুংতা কাখৎলক্‌লে। কোনুং য়ৌরাপাকা মৈতৈ নিংথৌনা নঙ্‌খোইতী কৈতাকি লাক্‌পানো হংএ। ঐখোয়তী তখেন্‌তাকি লাক্‌এ খুম্‌এ। অতুতী নাউকন্ য়ীরেন্‌তা লৈহন্‌ওঃ হায়তুনা লৈহন্‌এ। তখেন্ অয়াম্‌পাতী থাঙ্‌কা চিঙ্‌তা তারে। মৈতৈ নিংথৌনা নুপী মচা পুপী অতুপু নঙ্‌তী কনানো হংএ। ঐতী তখেন্ নিংথৌকি তুনে খুম্‌এ। নঙতী কাতৌপা লাক্‌পা হংএ। নিংথৌ সিলাতুনা চানাঙাই থকনাঙাই লৈতাপাকি য়োক্‌পিসুনো হায়য়ে হায়না খুম্‌এ। অতুতী নঙ্‌তী কিয়াং য়ীংখোল্‌তা লৈওঃ হায়তুনা লৈহন্‌তুনা চেংথা ফৌথা পীতুনা য়োক্‌এ।

তখেন্ নিংথৌ মচানা মৈতৈ লৈপাক্‌তা লৈরাপাতা অসাইকি থাঙ্ পুকন্‌পানা চৎকে নীংতুনা থংতা নিংথৌতাকি থাঙ্ অতুনা ঐ

লৈ হায়পাপু উহন্লে। থাঙ্ অতু উরাপাতা থাঙ্ অতু লৌকে নীংলে। মৈতৈ লম্পু সারা মারাপানা থাঙ্ অতু হুরক্লে। মৈতৈ লম্ লাক্লে। থাঙ্ পুকন্পাতী তাউরোইনাইকি মাসক্নে। মৈতৈ লম্পু সারাপাকি মানম্কন্তাকি চে চে খোংনা পাইখিরে। সন্থোঙ্ চিঙ্ খাইতুনা খোইরিতাক্তা তারে। থাঙ্তী খোইরিতাক্ মরিন্ য়ীন্না লিন্না তৌপাকুম্ ঙাম্হাইনা তৌপাকুম্না চেন্খৎলক্লে। থাঙ্কাকি তাউয়ান্ সোয়তা চঙ্লে। লু মনুংতা চঙ্না লৈঙাম্লে। থাঙ্কা সোয়সেন্পানা লু কায়পাতা লৌতুনা থাঙ্ মাতুম্ চঙ্ঙম্এ। করিনো হায়না হুন্থোক্লে। থাঙ্ অতুনা লিন্না তৌপাকুম্ চিরি লাউনা চেন্লে। থাঙ্কা সোয়সেনপানা কিরাতুনা মানা খুরুম্তুনা হায়য়ে। নঙ্না লাইনে হায়রাপাতী হয়েং ঐকি হিতেন্তা কারক্ও হায়এ। নোংঙাল্লাপাকা মাকি হিতেন্তা কাঙাম্লে। লাই ওইলাপেহি হায়তুনা পুরক্তুনা চিঙ্থক্তা থম্তুনা থাঙ্কা চিঙ্ নিংথৌ কৌনা য়ারে। থাঙ্ মাহাকৃতী মামক্ ওন্লে। চেক্লাউপী মান্পানে। উরেন্পী মচু মান্না লিক্পানে। তখেন্কি থাঙ্নে খঙ্ওঃ। তাউরোইনাইতী তাক্মু নিংথৌ কৌনা লৈরে।

লাইয়িংথৌ খাকেম্পা হাক্থক্তা সানোংপাকা থিনালাপাতা অসাইকি হাওথাঙ্ সাইরেম্থাঙ্ অতুপু সানোংপানা হুতুনা মায়াংতা চঙ্খিরে। মায়াং য়ৌরপাকা সানোংপানা লান্ চিংতুনা মৈতৈ নাকে লাক্পাতা থাঙ্ মাহাক্ পুলক্এ। মৈতৈ নাপা ঙম্তাতুনা য়াংকোইতা লেক্তুনা অহিং চেন্খিরে। অহিং চেন্খিপাতা ঙাইখোংতা চিংথরম্লে। মায়াংনা লোক্লক্তুনা নামুন্ চিঙ্তা মায়াংনা সিঙ্ য়ান্নাপাতা মোংপীচাম্পানা নুমিৎ

অনী থোক্পাকুম্ মৈরিক্ ফরং ফরং থোক্পাপু উরে। মোংপীচাম্পানা মাকি থাঙ্চৌকা সিন্নালক্তুনা লাইয়িংথৌ খাকেম্পাতা কৎলে। মমিংতী খুন্ খুপা কৌরে। মায়াংনা কৌপাতী মংকন্ ঙম্পা ফানা ঙম্পা পাথান্ ঙম্পা খুন্নিঙ্ তাপা কৌএ। মাহাক্তী ঙাইতে ঙম্পাকি নাক্লুনা থাঙ্সাং মায়ী ওইয়ে। মাহাক্তী কবো লৈতেং মান্পী মওংনে। লুতা চঙ্লাপাতা মাসক্ ওন্তুনা হাওথাঙ্ সাইরেম্থাঙ্ ওইখিএ। ঙাংনা লিক্পানে। মোইরাং সাথিনা ব্রারি অসি খঙ্তুনা লাইয়িংথৌ খাকেম্পাতা ব্রারি অসি হায়রাপাতা খাকেম্পানা থাঙ্ মৈরোংপাকা চক্থাঙ্ খেন্লেম্ সাপাকা অনীমা সাতুনা থংচিঙ্তা থংচিঙ্কি থাঙ্ য়াল্ফম্তা সন্তং উরিৎ মান্পানা য়ীরাংতুনা সন্ অতু উপ্না লোংনা খায়তুনা লৈপাক্তা ফুম্তুনা থাঙ্ মাহুৎ সিন্তানা কুরুপু খুরুম্তানা খেন্লেম্পা অমা মৈ থোক্পা অমা থাঙ্ অনীমাতী থংচিঙ্কি চুঙয়াল্ থাঙ্য়াল্ফম্তা ফুম্তানা লৈপানে খঙও:। থাঙ্হুৎ সিন্লাপানে খঙও:।

থাঙ্ খুন্খোম্পাকি মমিংতী চারাইপা কৌএ। খুন্ খুপাকি মমিংতী তেল্তে সাইরেম্থাঙ্ মৈথোক্পা কৌএ। খুন্খোম্পাতী কবো লৈতেং মান্পীনে। ঙাঙ্না লিক্পানে। তাউরোইনাইনে। খুন্ খুপাতী খাংখা লুংপাকি লুতা চঙ্লাপাতা মাসক্ ওন্লে। হাওথাঙ্ সাইরেম্থাঙ্ ওইরে। থাঙ্ মাহাক্তী ঙাইতে ঙম্পাকি নাক্লুনে। মাতী কবো লৈতেং মান্পীনা আলেপ্পানে। তাউরোইনাইকি মাসক্নে। থাঙ্ অসিপু মারচিঙ্না সরেন্ খাক্পা নিংথৌ থাঙ্ব্রাইনাপাকি মমিংতী হাই কুপ্ লেন্ তরং হাই কৌরে।

নোংমোইনুতা পীরপাকা মানাই অয়াম্‌পাপু খুৎথুম্‌ থুম্‌সুনো হায়পাকি মী পুল্‌ লেল্‌ হাই কুপ্‌ লেল্‌ মীরাক্‌ থাঙ্‌ কৌরে। থাঙ্‌ অসিতী সাইরেম্‌ থাঙ্‌নে খঙও:। খুন্‌খোম্‌পাকি মমিংতী মী থুম্‌ লেল্‌ মীচাপা কৌরে। খাকেম্‌পানা থাঙ্‌ অসি সুতুনা মেন্‌তা হাইরাপাকা মমিংতী হৈ খুম্‌ হৈ খুম্‌ থাঙ্‌ লাইকন্‌পা কৌরে। খুন্‌ খুপাতী মোইরাংতা খুয়োন্‌ খাংখা লুংপাতা লৈরাপাকা হাওখুম্‌ থাঙ্‌ কৌরে। খাকেমপাতা লৈরাপাতা মমিংতী হৈ খুম্‌ হৈ খুম্‌ চি তরং কৌএ। খিং খিং মিংথাপা কৌরে। মাহাক্‌তী তেম্‌ সাপানে। লাইনা মাসক্‌ ওন্‌তানা লাহান্‌কি নোংমোইনুনা ওইপীপা মাসক্‌ অতুনা হাওথাঙ্‌ সাইরেম্‌থাঙ্‌ মাসক্‌ অতু ওইতুনা লুতা চঙ্‌হল্‌লে। তেম্‌ সাপা মাসক্‌নে। মাহাক্‌তী কবো লৈতেং মান্‌পী মওংনে। মাহাক্‌তী তাইপঙ্‌পান্‌পা মপু চাক্‌সৌ মপীকুম্‌ সৌখৎলক্‌পা লাইনে খঙ্‌ও:। নোংমোইনু তাউথিঙ্‌মাঙ্‌না আরোংপাকি মাসক্‌ তম্‌না চক্‌থাঙ্‌ আরোংপা সাএ। ওইথাঙ্‌না য়া তম্‌না সিঙ্‌চঙ্‌ সাএ। থাঙ্‌পাম্‌পানা মায়ী য়েংএ। থাঙ্‌পাম্‌পা কৌপাপু থাঙ্‌য়িপা কৌএ। থাঙ্‌ অতুতী সাপৈ মাসক্‌ তম্‌এ।

অসাইকি মোইরাংকি অঙাংখোংতা লৈঙাম্‌পা তাউরোইনাইনা মোইরাং তাক্‌হন্‌লাপাকা থাঙ্‌কা কম্‌পোঙ্‌ তাক্‌হন্‌কে নীংলাতুনা পাইরক্‌তুনা লৈখাতা চঙ্‌খিতুনা থাঙ্‌কা কম্‌পোঙ্‌কি কোনুং ময়ায়তা ফাওকে তৌরে। নুমিৎ তরেৎনিপু লৈপাক্‌ ফুম্‌পৌকুম্‌না নোম্‌ নোম্‌ লাউরে। কম্‌পোঙ্‌ অপুম্‌পানা করিনো করিনো হাইনালিঙৈতা থাঙ্‌ নুঙ্‌সম্‌পানা কম্‌পোঙ্‌ পুম্‌না তাক্‌হন্‌কে নীংতুনা পাইরক্‌লে। কম্‌পোঙ্‌ নিংথৌ ব্রায়াপাতা

চঙ্লে। কম্পোঙ্ নিংথৌ ব্রায়াপাকি কোনুং ময়ায়তা নুমিৎ তরেৎনি সুরাকা তেরা অঙৌপা ওইনা হৌরক্লে। তেরা অতুনা অহিং নোংয়াইতা লান্ লাক্এ লান্ লাক্এ হায়না লাউরাপাতা থাঙ্কা কম্পোঙ্ অপুম্পাতী চুঙ্কা থাঙ্কা চোঙ্থোক্লক্তুনা মহৈ মহৈ লান্ ওইনা নীংনাতুনা য়ান্নারে। থাঙ্ নুঙ্সম্পানা থেঙ্তুনা কম্পোঙ্ য়াম্না সিরে। অসুম্না সিপা নুমিৎ হুম্নি সুরে। কম্পোঙ্ নিংথৌ ব্রায়াপানা য়েংপাপু লান্তী য়াওতে। কম্পোঙ্ পুম্নামা সিরে। কম্পোঙ্ নিংথৌ ব্রায়াপানা হায়য়ে। লান্তী য়াওতে। ঐখোয়কি মীতামা সিএ। লাউরিপা অসিপু কনানো? লুম্ওঃ হায়তুনা অহিং লুম্লে। অহিং নোংয়াইতা অসাইকি তেরা অতুনা লান্ লাক্এ লাউরে। থাঙ্কা কম্পোঙ্ নিংথৌতা হায়রে। লাউরিপাতী তেরা অসিনা ওইরে হায়রাপাতা নোংঙাল্লাকা য়ানথেক্লো হায়রাপাতা অহিংতী পাইখিরে। লাংকোন্কি কুনো লোক্তা তেরা অঙৌপা ওইনা হৌখিরে। থাঙ্ নুঙ্সম্পাসুঙ্ পাইখিরে। থাঙ্কি থাঙ্চৎতী অসিনে।

হৌচিক্তী পাখংপানা নিংথৌ ওইরাপাতা অসাইকি মাঙ্তা হায়খিবা য়াই ওইপা থাঙ্, তা, তেন, য়োৎহিং, থৌরী, থেংকু, য়োৎখোক, নুঙ্সুক, কোরি, সাচৈ, কাতি, সিঙ্চঙ্, হাঙ্মৈ, ফেন্তিন্, নাহুন্, কোন্থোঙ্ য়াই, হিখোম্ য়াইখোম্, অসি খৈপিক্ নিংথৌ ওইপাকি পোৎলোই সুনা তম্ফা য়াই মানিক্ য়াই নোংথৈ য়াইনাচিংপা য়াই অসি খৈপিক্ সুনা পীরে। পাখংপানা নিংথৌ ওইরে। পাখংপানা পান্পা চহি ১২০ নে। অতুতাকি খুই। তাউথিঙ্মাঙ্। খুই নিংঙোন্পা। পেংসিপা। কাওখংপা। নাউখম্পা।

নাউফংপা। সামৈরাং। নিংথৌ মাপল্মা অসিতী হি য়াই পুম্নামক্ অসিতী কাইতানা লৈরিএ।

*চিরংলেন্ কিংনাইপা* মাতী অসিপানে।
মাসক্তী কবো লৈতেং মান্পীনে।
ঙৌনা য়েক্পানে। ঙারিন লাইনাকি মাসক্নে।
*খুনখোম্পাতী* মাসক্তী কবো লৈতেং মান্পীনে।
ঙাংনা য়েক্পানে। তাউরোইনাইনে।
অনীমাতী য়েৎথাঙ্ ওইথাঙ্নে।
*খুন খুপা মায়ীতী* কবো লৈতেং মান্পীনে।
ঙাংনা য়েক্পানে । ঙাইতে ঙম্পাকি নাক্লুনে।
তাউরোইনাইকি মাসক্নে। হাওথাঙ্ সাইরেমথাঙ্
ওন্লে। পেংপাকুম্ মতোন্ কোন্পানে।
*কাইরেম্পাতী* মাসকতী কাপাক্থাঙ্ তেম্সাপা
তোন্কক্পা মওংনে। তাউরোইনাইকি মাসক্নে।
*নুঙ্সম্পাতী পুকক্নে*। ঙারিন্কি মাসক্নে।
*পুকন্পাতী লাইথাঙ্* চেক্লাউপী মান্পানে।
উরেন্পী মচু মান্না লিক্পানে।
তখেন্কি থাঙ্নে। তাউরোইনাইকি মাসক্নে।
*থাংসু তাতী* খুৎতোন্পী মান্পানে।
মাসুং অহম্ সুপানে।
খুৎলাই তরেৎমা অসিতী অপাইপা খুৎলাইনে খঙওঃ।
*চৈসু থাঙ্তী* চুম্থাঙ্ মান্পানে।
মাসুং অহম্ সুপানে।

সেন্‌কি কাতিনে। অনীমা অসিসু পাইএ।
ভরুং থাঙ্তী পোংথা মনা মান্‌পানে।
মতোন্ পাক্এ।
লুকন্ থাঙ্তী সাহোপ্ তম্এ।
নাখাই মওং মান্‌পানে।
লুখাম্ থাঙ্তী সাপৈ মওং মান্‌পানে।
নাউকন্ থাঙ্তী কোংপারেন্ মওং মান্‌পানে।
সিনয়াৎ থাঙ্তী য়েন্‌থাঙ্ মওং মান্‌পানে।
সিনসু থাঙ্তী লৈখাম্ মান্‌পানে।
লৌরি থাঙ্তী থাঙচৌনে।
কোইরেম্‌পাতী চম্‌তেরা মতোক্ পান্‌পানে।
হৈসোই থাঙ্তী হৈচারাংনে।
নুঙ্সুক্‌তী থাপী মান্‌পানে।
তেন্‌পীতী খুৎতোন্‌পীনে থাপুং সাএ।
মাসুং তরেৎ পান্‌পানে।
লোংলেন্ য়াই ওইপাতী লোংসা তরেৎ পান্‌পানে।
সিঙ্চঙ্তী য়া তম্‌না সাপানে।
নাহুন্‌তী খুচিন্‌কি মওং মান্‌পানে।
ফেন্‌তিন্‌তী থাচেৎ মান্‌পানে।

অসি খৈপিকনে। হি য়াই অসি নিংথৌকি পোৎলোই চপ্‌থাঙ্ য়ারোংপানাচিংপাপু লাইয়িংথৌ সামৈরাং যৌনা লৈঙাম্এ খঙ্ওঃ। কোইরেম্‌পাতী লাই পাখং খাংচেন্‌তা লৈপানে। থোঙ ঙাক্‌নারিপানে। লুকন্ থাঙ্তী নুপী থোঙ্‌তা লৈপানে। সরারেন্‌কি

সনা থাঙ্‌তী চৎলম্‌কি থোঙ্‌তা লৈপানে। মাখোয়কি য়ীরাৎতী য়ীনা লাৎওঃ। তাউফতে। তাউরাপাতী সা লান্ কন্‌এ। য়ী তাএ খঙ্‌ওঃ।

--( )--

# থাঙ্‌লোন্ থাঙ্‌চৎতা
# য়াওবা ৱাহয়গী ৱাহন্থোক

কুরু সিতাপা — তাইবংপানবগী মপু, য়াইবিরেল সিদবা।

তাইপঙপান্‌বা কৌতারিঙৈ— লৈশেমদ্রিঙৈ, তাইবং মী শেমদ্রিঙৈ।

আমম্‌পাপু— মচু লৈত্রিঙৈ, মঙাল লৈত্রিঙৈ, অমমবা কৌবা সিদবা লাই অমা।

হৈয়িৎ— মনা পাকপা পাম্বী অশি হৈবোং মানবা মুল্লগা মহৈ চাবা য়াবা হৈ জাৎ অমা। পাম্বী অসিগী মনা অদু কংহল্লগা কাংথোন উপুনচিংবা নানহন্নবা শিরিশকুম্‌না নানবা য়াই। মহৈদি পাম্বী অসিগী লৈপাক্কা তাইনবা মখোঙদগী হৌনা পেরেলহৈ অমসুং হৈবোংগুম্না চরোং চরোং য়োমদুনা পাল্লি।

কাংগ্রৌ— মহৈ চাবা য়াবা অপীকপা পাম্বী মখল অমা। পাম্বী অসিগী মহৈ মোইরাং য়েক্কি অপোকপা খুরুম্বদা য়াওনৈ।

চাকসৌ মপীকুম— লৈশৌ মপীগুম।

য়ীন্‌খায়রক্‌ঙৈতা— . লৈবাক ঈনখায়রকপা, লৈবাক থিনগাইদুনা চাইখায়বা।

তীন্ সিদবা— তাইবংপানবগী মপু, অতিয়া সিদবগী মিং অমা, সনামহীগী মিং অমা, পাখংবগী মিং অমা।

অতিয়া সিদবা অমদি লাইয়িংথৌ সনামহীনা তীন সিদবা ওইনা লৈরে হায়বগী ব্রারোল মৈতৈগী লাইরিক লাইসুশিংদা ইরম্বা থেংনৈ।

(১) "অতিয়া সিদবনা ... ... ... তীন সিদবা ওইনা থাপু নুমিৎপু খুমনা লৈরিঙৈতা সুপা থাঙতী ঙাঙ্ক্রপা মি হিং থুপ কৌএ।"

— থাঙ্লোন্।

(২) "হে তাইবংপানবগী মপু অসিবা সনামহী কৌবা নঙপু খুরুমনা নমিং মিংথাং অয়ামববু য়ীচারককে তাথীপিকুনো। নহাকপু হুমকি মনুংতা তীল সিতাপা ওইনা কুলনা লৈরে।"

— ফালখোঙ মাপল

অমুকসু কুরু সিদবগা অমত্তনি লৌনরিবা লাইয়িংথৌ পাখংবনা তীন সিদবা কৌনা লৈরে হায়না মৈতৈগী লাইরিক লাইসুশিংদা অসুম্না ইরম্বা থেংনৈ।

(১) "তাইবংপানবগী মপু পাখংববু খুরুমনা "পাখংবা তুথেক লৈরোং" কৌবা লাইরিকপু য়ীচারককে। ... ... ... পাখংবনা নুমিৎকী মপুক মনুংতা হুলচিনখিরে। সনা কাকোক মনুংতা তীন্ সিদবা কৌনা লৈরে।"

— পাখংবা তুথেক লৈরোং।

(২) "পাখংবনা নুমিৎকি পুংমাইদা লেপঙৈগী মমিংদি তিক্ হঁ কৌএ। পাখংবনা নুমিৎকি মপুক মনুংতা হুলচিনখিরে। সনা কাকোক মনুংতা তীন্ সিদবা কৌনা লৈরে"

—পাখংবা নাওয়োম।

থাঙলোন থাঙচৎ কৌবা লাইরিক অসিদা ইরমলিবা তীন্ সিদবা অসি কনানো হায়বগী *মতাংদা পণ্ডিত শ্রী নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহনা অসুম্না ইরি— ''তীন্ সিদবা হায়বা অসি কনানো হায়বা ঐখোয়না লাইরিক লাইসু অতৈদা নৈনবদা তীন্ সিদবা হায়বসি পাখংববুনি।''*

— থাঙগী হৌরকফম অমসুং চাওখৎলকপা।

থাঙলোন থাঙচৎ হায়বা লাইরিক অসি থাঙগী মরমদা ইবা লাইরিকনি। থাঙ হায়বা অসি মৈতৈ ফুরুপকীদি তৎন-থানবা য়াদ্রবা খ্বায়দগী মরু ওইবা খুৎলাইনি। শাফম লানফমদা শীজিন্নরকপদা নত্তনা লাইনিং লীচৎ অমদি অতৈ নাৎকি থৌরমশিংগসু শাগোন্নদুনা লাক্লবা খুৎলাইনি। পোকপদগী শিবা ফাওবদা থাঙগা তৎনা থানবা য়াদে। অঙাং পোকপদা থাঙ য়াওদবা য়াদে। খোয়রেন থাঙগী মপাল তাংলি। অঙাংগী ঈপান থাবদসু থাঙবু ইরাৎলি। পুন্সি চেংজেল লোইরদুনা চৎখিবদসু মোংফমদা থাঙনা লৈয়িনচিংবা চিংদুনা থাঙগী মপাল তাংলি।

মৈতৈগী লাইশিংগী মনুংদা তীন সিদবা হায়নসু কৌবা কুরু সিদবগী লাংঙোন ওইরিবা লাইয়িংথৌ পাখংবনা অহানবা ওইনা চুঙ থাঙ সুদুনা থাঙগী মপু ওইখিবগী ৱা লৈসেম নোংশেমলোন্দা নোংখোঙ কোইবগী মতাংদা 'পুদিল' কৌবা লাইরিক্তা অসুম্না ইরি—

"হৌচিকতী অপানবনা নিংথৌ ওইবকি হায়কে। অতিয়া সিদবনা হায়এ। নোংলাংলেন অখুবা লৈপাক অসিবু কনাবু লেপহনখিবনো হায়না হংএ। নোংলাংলেন অখুবনা খুমএ। অতিয়া সিদবা নঙগা, অশীবা নঙগা, কোনচিল তিংথোকপা নঙগা, নখোয় অহুমমা নোংথৌ মখোঙ কোয়নও। হাননা থুংলবা অমনা লৈপাক মপু ওইও হায়এ। অতিয়া সিদবনে অশীবনে অনিমাদি নোংথৌ মখোঙ্‌ কোয়খিরে। কোনচিন তিংথোকপতী লৈরুওরে। সিদবা মপুনা অতোনবা নঙ্‌সুঙ্‌ চৎলো হায়এ। অতোনবনা খুমএ। ঐতী কুরু সিদবকি ফানখোঙতুম কোয়চকে। নোংথৌ মখোঙতী লৈতে হায়তুনা কুরুকি ফানখোঙবু তরেৎচারতুনা অতোনবনা খুরুমচৈ। অতুকা ফমবাল্‌ কারে। সিদবা মপুনা হায়এ। অতোনবা নঙনা ঐকি ইতিক অচৌববু করমনা খঙবনো হায়না হংববু ইপা অরিবনে হায়না খুমএ। কুরুনা মপা মসক খঙএ হায়তুনা পাখং য়োইরেনবা কৌএ। অসাইকি নোংথৌ মখোঙ কোয়খিপাসুঙ্‌ থুংলরে। অতোনবা নঙতী থুংলাবোরে হায়না হংলবতা কুরু সিদবনা ননাওতী থুংঙমলে। লৈপাক মপুতী মানা ওইরে হায়না হায়নরে। অতুকি লোইরেন কৌএ। অতুকা থিংগ্রু চিঙদা কারকলে। সিদবা মপুনা মফম অমদা ফমলাবকা হায়এ। অহন নঙতী ইপাগী মফমতা ফমল-ও হায়তুনা অতিয়া সিদববু ফমহনলে। য়াইমাবা নঙতী লাইকি মফমতা ফমল-ও হায়তুনা ফমহনলে। অতোনবা নঙতী নয়ামমা

*অনীমকতা খুরুমও হায়তুনা খুরুমহললে। অতোনবা নওতী থিংগ্রু চিওতা ফমলো হায়তুনা ফমহনলে। অতুকা কুরু সিদবনা হায়এ। নবিওঙানা ননাউবু খুরুমও হায়ববু অনীরক হায়ববু য়াতে। অহমলক হায়বতা অনীমকনা খুরুমলে। অনীমককি মপুকততী অপানববু থৌওইতে। কুরুনা খওলতুনা মবিওঙানা কিনাবা লৈপাকসুঙ সুহললে। মমিংতী লৈরুমলেন কৌএ। নোংথৌসুঙ সুবে। মমিংতী নোংলুমলেন কৌএ। নুমিৎসুঙ সুরে। মমিংতী মীয়ুংপাপায় কৌএ। থাসুঙ সুরে। মমিংতী থায়ুংপায় কৌএ। সুক য়াই সুরে। মমিংতী সুক মরু কৌএ। থৌরী কোংগোই সুরে। মমিংতী কোংগোইরেল কৌএ। চুঙসুঙ সুরে। মমিংতী ঙাং কুপ ফেৎ কৌএ। থাঙসুঙ সুরে। মমিংতী মী চুম মীরাকথাঙ কৌএ। কুপ ফেৎ হাই ফিরাকথাঙ কৌএ। চিরংলেন কিংনাইবসুঙ সুহনলে।"*

থেঙ্গৌ শাবা মতমদা *"থাঙ নওগী নমিংদি তুবী চিরোং হাইনাইবা থাঙকক্‌লেন্ য়াশাবা কৌই" হায়রিবসিমক্সু থাঙগী হৌরকফম অসি পাখংবগী খুৎলাইনি হায়বা তাকই।*

<u>মাথানা</u>— মথন্না, মথন্তনা।

<u>চাখাপা</u>— তীন সিদবা কৌবা লাইদগী শমথরকপা চাদ নাওদা।

"গুরুগী নাতোন য়েত্তগী চখাবা পোকএ- পুখ্রনবদি চখাবনে" — ফমলোন।

<u>আরোক্ আরাই</u>— তীন সিদবগী চাদ-নাওদা চাখাপনা পোকখিবা।

ঙাইতে ঙমবা— তীন সিদবগী চাদ-নাওদা- অরোক আরাইনা পোকখিবা।

সরা-লু— ঙা ফানবা লু অচৌবা।

মানাক অসাংপা— হকচাংগী কায়াৎ অমা।

কাপাক্ থাঙ্— ঙাইতে ঙম্বগী মানাক অশাংবনা ওইখিবা থাঙশাং।

থাঙ্সাং মায়ী— থাঙ চৈকন থেকপগী অতোপ্পা মিং অমা।

পুকক্থাঙ— থাঙ নুঙসম্বগী অতোপ্পা মমিং অমা। মওংদি ঙারিনগী মওং মান্বা থাঙ্নি।

মপেনা— হকচাগী কায়াৎ অমা।

তেম সাপা— ফিশা তেমগী মওং মান্না শাবা থাঙ।

কবো লৈতেং মানবী— কবো লৈতেং মানবী হায়না খঙনবা পাম্বী অদুগী মনা মান্বা থাঙ্।

তরুং থাঙ— মতোন পাকপা থাঙ্ মখল অমা । মওংদি পোংথা কৌবা পাম্বী অদুগী মনা মানবা থাঙ।

চাকোৎ— হকচাংগী কায়াৎ অমা।

থাঙ্চৌ— মখোক সাংলপ তৌবা মতোন পাকলপ তৌবা লৌমীশিংনা মরু ওইনা শীজিন্নবা থাঙ। থাঙচৌবু লৌরী থাঙ হায়নসু খঙনৈ।

চাংচৌ খুৎফাংতোন— খূৎকি শরুক।

নাকলু মোইফাংতোন— হকচাংগী কয়াৎ অমা।

হৈচারাং— হৈশোয় থাঙ হায়রগসু খঙনবা অশীকপা থাঙ মখল অমা।

খাংসু তা— খূৎকি খুৎদোনবী মওং মানবা তা মখল অমা।

মাহোপ— হকচাংগী শরুক অমা, হকচাংগী মরী মরাং।

লুককুথাঙ্‌ — তেন্দোং থাঙগী অতোপ্পা মমিং অমা। মী মকোক ককপদা শীজিন্নবা থাঙনি।

চৈসু থাঙ্‌— মসুঙ অহুম পানবা থাঙ মখল অমা।

খোয়রেন থাঙ্‌— অঙাং পোকপদা খোয় লেনবদা শীজিন্নবা থাঙ।

ফেনতিন— উ সুবগী খুৎলাই মখল অমনি। মসি হি শাবনচিংবদা শীজিন্নে। ‘‘হিজন হিবাউ’’ হায়বা লাইরিক অদুদা অসুম্না ইরি— ‘‘কৌবা ঈরোক লাইচম লান, চীংসা নাপোম শম্না, নুংবান ময়ুমনাক্তগা ব্রাইথুংনরবদা ইয়ু নোংবান হোংনেম লুব্রাং নিংথৌ পুনসিবনা হাওপি ঙমগা চিংনা হাঙমৈ ফানফক লৌ, ফেনতিন্ নাকলৌ থিন, হিংঙোন নাকলৌ শিন, চমেন চিদাই খোম...।’’

নাহুন— তোক মানবা উশূবগী খুৎলাই জাৎ অমা । পুঙ অচৌবনচিংবা শাবদা পুং মরু (পুংগী ফ্রেম) ওইগদৌরিবা উ অদুগী ময়ায়দা ময়ুং ইননা হুৎতোকপনচিংবদা শীজিন্নবা খুৎলাইনি। হকচাং ফেলৈননা লেপলগা খোঙবী মতোন্দগী অতোপ্পা নাকনগীনা মতোন ফাওবা

শাংবা লমজৈ হায়বদি ওইগী খোঙবীদগী তমলগা য়েংকী না মথক ফাওবা শাংবা খুৎলাই চাওরাক্লা লম অমা নংত্রগা মী অদুগী মরেপকা অমহানি।

মাকোই— চুবা অমদি নাতোন মখাদা হৌবা শম।

মারিন— পুক্লুংদা লৈবা মরী, খোয়রী লিনশাং।

মাতী— তীন সিদবগী নুপা ওইবগী কয়াৎ।

লুম— মথক্কি।

মাসিংখা— হকচাং মনুংদা লৈবা মশিঙ্গা।

নোংথৈ— নোংথ্রৈ। নাদা য়াম্নবা নায়িন মখল অমা। *"কৌব্রু থংবা চীংশা নাপোমদি নোংথ্রৈ পোকএ"*

— পাখংবা নাউয়োম।

লিনকোই— পুক, গর্ভ।

সমপোমবী— কোক্তা হৌবা শম।

নুঙসুক— থবী মওং মানবা খুৎলাই।

কময়া— হকচাংগী শরুক অমা।

থংচিঙ— মোইরাংদা লৈবা মৈতৈগী অরুবা লাই অমা।

অপানবা— লাইয়িংথৌ পাখংবা।

কুরু— কুরু সিদবগী শাইওন ওইরিবা তাইবংপানবগী মপু লাইয়িংথৌ পাখংবা।

লৈমারেন সিতাপী— লৈমারেন সিদবী।

থাব্রারেন— লৈমা পীয়াইনুগী মচা, পোইরৈতোনগী ময়াম্বা।

মারচিঙ— লাইরংথৌ অমা।

কৌপারু— লাইবংথৌ অমা।

কোইরেমপা— চমতেরা মতোক পানবা থাঙ অমা। কংলা কোনুং মনুংদা লৈ হায়না থাজনরিবা থাঙ।

কাইরেমপা— কপাকথাঙ তেম সাবা মানবা মতোন ককপা থাঙ মথল অমা।

অসিপা— অশীবা, লাইয়িংথৌ সনামহী।

অতিয়া— অতিয়া গুরু সিদবা।

চক্থাঙ— য়াকা থাঙ হায়নসু খঙনবা থাঙ মথল অমা।

মথি ফোংবা— মহাক লৈ হায়বা খঙহনবা।

চঙ কুপ থাঙ কুপ সাবা— থাঙ অমসুং চুঙ পায়দুনা শান্নবা।

চঙ্য়াল্ থাঙয়াল্ফম্— মোইরাংদা লৈবা লাই থংচিঙনা মাগী লাইফমদা থাঙ অমসুং চুঙ পায়দুনা শান্নরন্নগা খুৎলাই অনীকপু য়ান্দুনা থম্লম্বা মফম।

ব্রাইনাখিত্না— লৌখিদুনা।

য়ুকৌএ— য়ু খাঙদুনা ইরাৎ পূজা তৌবা।

সরাং লৈশাংথেম— চেংলৈ সলাই।

খমচিঙকোন— পুরোই লেমনুসুনা পোকপা ঙানবা শলাইগী পুকোক।

য়োইপীরোক— নোংদা লাইরেল পাথংবগী মমা।

লাইখুরোনপী— লাইরেম্মা অমগী মিং।

<u>লাইসারা</u>— নোংদা লাইরেন পাখংবগী নুপী।

<u>খুই</u>— নোংদা লাইরেন পাখংবনা লাইম্না পান্নদুনা পোকপা মচানুপা।

<u>লেন</u>— নোং মতুম।

<u>নোংলুম</u>— মরুম।

<u>তাউরোইনাই</u>— লাইয়িংথৌ পাখংবগী শাদোং (তাউরোইনাই লৈরবদি পাখংবা লৈরে), লাই অমা, অতিয়া কুরু সিদবগী মিং অমা, লাইয়িংথৌ সনামহীগী মিং অমা।

*"অতিয়ানা তাউরোইনাই সিদবা কৌনা ঈশিংদা তাউরে"* — নুংলোন অচৌবা।

*"অসিবা নওদি তাউরোইনাই কৌও।"* — মহৌ।

<u>মৈপুন হাইচৌ ওইরে</u>— মৈবুন অচৌবা ওইরে।

<u>চীরেন লাংয়েন</u>— চাউরবা থোইরবা মচী।

<u>য়ারোঙ</u>— ময়া লোঙবা।

<u>চকথাঙ য়ারোঙ ফাললে</u>— চকথাঙ কৌবা ময়া লোঙবা থাঙবু পায়রে।

<u>চোঙলেন য়ীনচম খনবা</u>— অচৌবা চোঙ খনবা। "সনা চোঙলেন ইনচম খল হনচিঙ চিঙমৈ ইননা খুনদাপুং"

— নিংথৌরোল্ লম্বুবা।

<u>লাইরেমমা হেনলোই তরেৎ</u> — চিৎনু, খমনু, অরৈনু, অহুমনু, তেক্নু, তাইনু, তোনথাংনু, থেরেলোংবম চনু

—নুংলোন অচৌবা।

<u>পোইরৈতোন</u>— লৈমা পীয়াইনুগী মচা, খুনবী পোংমহন, খুনুং য়োইচখা অরিবা, লৈনুং পোইনাউতা অতোনবা।

<u>থাচা পাখংবা</u>— মশক মতৌ থোংনা নৌবা ফজবা চঙখোনবগীদমক পাখংববু থাগা চাংদম্নদুনা থাচা পাখংবা কৌই।

<u>অপিসা</u> — পিশক পিকপা।

<u>লৈনুং লোনচা পাখংবা</u> — পাখংবগী মমিং অমা, পাখংবনা লৈনুংদা লৈবগীদমক কৌনবা মিং অমা।

"অতিয়াদি পাখংবগী মপুক্ মনুংদা হনচিনখিরে। গুরুগা পাখংবগা লাই অনিমানা লোন্নলা লৈরে হাইবগী লোলাং পাখংবা কৌএ। লৈ নোংকুম্বা অরিবা লাইনে। অদুবু পাখংবগী মপুক মনুংদা লিরে হায়বগী লৈনুং লোনচা অরিবা কৌএ। অরিবা লাইনে হায়বগীবু লৈনুং লোনচা অরিবাসুঙ কৌএ"

-থিরেন নানম্বা।

<u>পাখংবা</u>— লাই অমা, পাখংতা ওইবা, মপা খঙবা।

(১) <u>লৈনুং লোনজা পাখংবা</u> — পাখংবগী মমিং অমা, লৈনুংদা লৈএ হায়বগী লৈনুং লোনজা পাখংবা কৌএ।

(২) <u>তাংজা লিলা পাখংবা</u> — পাখংবগী মমিং অমা, তাংজা লিলা পাখংবগী ফমবান্দি মনিনা থাফম ওই মনিনা ফমপাক ওই।

(৩) <u>লোলাং পাখংবা</u> — সেম্ব্রেং পাখংবগী মমিং অমা। লোংখ্রে হায়বগী লোলাং কৌই।

(৪) নোংদা লাইরেন পাখংবা — নিংথৌজা সলাইগী পুকোক। নোংদোন্দগী (অব্রাংলোমদগী) লাকই হায়বগী নোংদা লাইরেন পাখংবা কৌই।

— খেলচন্দ্র, অরিবা মণিপুরী লোনগে।

খাপা— খাবা সলাইগী মী, নোংদা লাইরেন পাখংবগী মমাঙদা কংলাদা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লম্বা ফুরুপ অমা।

খাপা লইরেন— খাবা নিংথৌ।

উসোইসঙ— কংলা মনুংদা লৈবা শঙ অমা।

ওংনাএ— লৌনবা, মতু মরা ওইবা।

মাহাক থেৎলে— মপুক কংলে, গর্ভ লৈবে।

মী অয়াম্বা খোমলে — পাখংবনা পোইরৈতোনগী মীওইশিংবু ফারে।

নুংসি নুংপংনা — পোইরৈতোম্না পুকনিং নুংশিনা, তৌফম খঙদনা চমম্লনা লৈবা।

ঐকি ইতুসুঙ মুনখিরে — খমচিঙকোম্না মশাগী মতুসুঙ পাখংবনা মুনখিরে হায়না পোইরৈতোন্দা পাউদম্বা।

'কনখিএ — ব্রা থক্তোকখিবা।

চাওখিএ— শাওখিবা, কল্লকখিবা।

গইপিতা — কংলা মনুংদা লৈবা মফম অমা।

— ইয়াম্বা, ইথংলেন, ইপুরোইবা ।

লাইরেন ঙাংঙোই য়োইমোংপা — য়োইমোংবা অসি মৈদিংঙু াখংবা অমদি লাইস্নানা পোকপা মৈদিংঙু খুইয়োই াম্পোক্লা নোংমোইনু অহোংবী পান্নদুনা পোক্‌পনি।

লাইরিক অসিদা লাইস্লানা য়োইমোংবদা ইসাবী হায়বা ব্রাহে শীজিন্নরিবসি "পাখংবগা খুইকা তাউথিঙমাঙকা অহুমমাতি অমহানে" হায়না পল্লন্নিবা ব্রাখল্লোন্দা ওইবা য়াই।

লৈতাং — লৈতাং কৌবা পাৎ অমগী মিং।

ঙানুরোন — ঙানবা শলাইগী চনু নিংঙোন।

ওকসঙ — কংলা মনুংদা লৈবা শঙ অমা।

কোকসঙ — ওকশঙগী মমিং অমা।

মকোক কমলে — মকোক ককলে।

থেন— অতোংবা লৈতেম মান্নবা লম।

থেন কাবা — থেঙ্গৌ শাবা ।

নোংমোইনু — মৈদিংঙু খুইয়োই তোম্পোক্কী লোয়নবী অঙোম চনু।

মহৌ মহৌ — হৌজ হৌজ, হন্না হন্না, তোয়না তোয়না।

নোয়বা— জগোই শাবা।

য়াকারে — ময়াম তিনবা, থোকপা।

কুরু — লাইয়িংথৌ পাখংবা, পাখংবগী লাংঙোন্নি লৌনরিবা নোংদা লাইরেন পাখংবা।

পোং — পাখংবনা লৈসুক লৈসোই য়ামপি পান্নদুপা পোকপা মচানুপানি। তরুং থাঙগা চৈশু থাঙগা অনীমা পিদুনা পাখংবনা মহাকপু নোংপোক মাইকৈ ঙাকনবা থাখি। হৌজিক্লা ঔরা লৈবাক্কি মনুং চনখ্রবা মতম অমদা য়াম্না খুৎকন পাঙ্গনবা লৈবাক অমা ওইরম্বা "পোং লৈবাক" অসি পাখংবগী মচানুপা পোংগী মমিং লৌদুনা কৌখিবনি থাজনৈ।

<u>পাইখু</u> — পাখংবগী মচানুপানি। পাখংবনা থাঙ কাইরেমপা পীদুনা ময়াম্বা পোংগা লোয়ননা নোংপোক মাইকৈ ঙাকলুনবা থাখি। কাইনথংদা পোং নিংথৌগী মনাউ সামলোংনা নোংচুপ মাইকৈরোম্‌দা লানদারকপদা পাইখুনা পুখিবা থাঙ অদু পুরক্কুনা শীজিন্নখি।

<u>য়োইমোংপা</u> — মৈদিংঙু খুইয়োই তোম্পোক্পা নোংবাল্লোন নোংমোইনু অহোংবী পান্নদুনা য়োইমোংবনে, তাউথিংমাংনে, মমোম লাইরোকলেম্বীনে অহুম পোকই। মৈদিংঙু খুইয়োই তোম্পোক্পা থুপখ্রবদা য়োইহৈতোন তাউথিংমাংনা নিংথৌ ওইখি। য়োইমোংবগা তাউথিংমাংগা মচিন মনাউ অনীনা লৈবাক অসিগী মরু ওইবা তু খোং কয়ামুক তেংখি। "ঙাংঙোই য়োইমোংবা য়োইচীংলেন তমহৈবনা শানৌ য়োইহৈতোন তাউথিংমাংও নঙদি অব্রাং ফাল্লৌ লাইমকোন লিনব্রাই খায়নপোক কাকলেন সিলম সাংগোন ঔরি সমৈ থাং মিরা পোংথোকলম লমলেন কোনবিরা হঙোই কোনথিং নুরাবীনা ব্রাইকোইরম তাংজা লিল্লা পাখংবা ব্রাইচলম লিনব্রাই ঈ মরুদা থৌনা ও, নুংবি খনথাই য়ামদে, লিরেন কংসি নিকতে, শীংবী থরোন য়ামদবনে লাইজা ঈনুং হক্তে" — তোরৈরোল্।

<u>তাউথিঙমাঙ</u> — খৃ: ১৫৪ দগী ২৬৪ ফাওবা পাল্লম্বা মৈদিংঙু খুইয়োই তোম্পোক্পা পোকপা মচানুপা য়াইমনি। মৈদিংঙু খুইয়োই তোম্পোক্পা থুপখ্রবদা খৃ: ২৬৪ দা তাউথিংমাংনা নিংথৌ ওইখি।

<u>হাওয়ম্</u> — হাওগী য়ুম।

মরৈমপী — য়ুমবুরেম্বী।

সানৌ — মনাওনুপা।

ককলেন মীঙমপা — অচৌবা উচেক, মীবু চেন্দুনা পুবা ঙম্বা উচেক।

নমু — তাইবং মী।

মোমনু — নুপী ওইবী।

হাওতৈ — য়ু।

সুমাই — সুমাং।

থোংনাং — নোংচুপ মাইকৈ, ময়াং।

থোংনাং মোংপা চিংনুংহুৎ— মণিপুরগী খা মাইকৈদা লৈবা চীংনুংহুৎ।

থুমখায়ও — থুগাইরো, খায়দোকও।

পুমশিল্লে — হান্নগী ফিবমদা অমুক ওইহল্লে।

খোইয়ম পাফন অরিপা — পাখংবা।

থাঙ নুঙ সমপা— য়োইমোংবা তাউথিংমাং মচিন মনাও অনীনা তু তেংথখিবদা হাওয়ুম য়ুমনাক ১০০ না খুন্দাবা খুল অমা য়ৌরবদা কাকলেন মীঙম্বনা খুল অদুগী মীওইশিং চেন্দুনা পুখিবগী ব্রারোল পাউদম্লবদা মচিন মনাউ অনীনা কাকলেন মীঙম্বা নমু পোংচেনবা অদুবু ফাননবা তাইবং পানবা মপু অমদি লৈমরেল অনীদা খুরুমজরবদা লৈমারেন্না মচিন মনাউ অনীদা কাকলেনগী মকোক ককুবগীদমক থাঙ নুঙসমবা পীবিখি।

য়োইমোংবা তাউথিংমাং মচিন মনাউনা মখা মাইকৈরোম্দা তু তেংথখিবদা লোকখা হাওখা খুল(শুগু অমসুং

অদুব্রাইগী লম) য়ৌরবদা লমদুগী মীশিংনা করিনো নচিন ননাউ লাকপদি ঐখোয়গী লম অসিদি কাকলেন মীঙম্বনা চেনখিবনা মপাল ইপাল থোক্লবা ঙম্মদরে। নচিন ননাউসু কাকলেন্না চেনখ্রগনি হায়রবদা লাইয়িংথৌ মচিন মনাউ অনীনা লাং থাক্লদুনা মীঙম্বদু ফারগা হাৎতোক্কুনা মশা অমনা চীংনুংহুৎ মথক্তা মশা অমনা লোক্তাক তুরেল পুমকং কংদনবা থিংদুনা থমখিএ। অসিগী মমিংবু ঈথিং হায়না কৌখিএ। অসিগী মতুংদা লোকখা হাওখা অপুম্বসি কিনবনা থক থক নিকখ্রদুনা লৈরবদা তাউথিংমাংনা মখোয়গী খুল অসি লোই চল্লমদুনা কারকই। —চৈথারোল কুম্বাবা।

থাঙলোন থাঙচৎ অমদি চৈথারোল কুম্বাবানচিংবা লাইরিকশিংদা ইরমলিবা অসিগী তাইওন্নবদা কাকলেন মীঙম্বা অসি য়োইমোংবা তাউথিংমাং মচিন মনাউনা কংলাদা ওইনা ফাহনবগী ব্রারোলসু লৈতবা নত্তে । "য়োইমোংপানা কাকলেন ফানবা মফমতী লাঙচি অমতী য়ীমচাউ মমাংতাকি হিকারমতাকি য়ানএ। তুরেন ব্রাংমতা অমা য়ানলে। কাকলেনকি মফমতী মোংপি চীংতা লৈএ। মোংপি চীংতী য়ীমচাউনে। হায়হৈতবা ব্রানে। লাই কংলানে। য়োইমোংপানা হিকারমকি নাকচিতা য়েননাওপা সানারে। কাকলেননা লংথরকলে। কাকলেনসু থুরে। য়োইমোংপাসু চেনখীরে। তাউথিংমাংনা ফৈতেনপিতা লেপঙমতুনা থৌতু নুঙথিল লইমানা তাউথিংমাংও নসাপী য়োইমোংপাতি মাকি থাঙ নুঙসমপতী করমপনো হায়না হংএ। তাউথিংমাংনা সাপী

য়োইমোংপাও নংকি থাঙ্ নুঙশমপাপু করম কাওরমপানো হায়রাপাকা থাঙ মথনানা কাকলেনকি ঙকতা য়ানথৎতনা য়োইমোংপাসু থোরকলে। কাকলেনকি মঙক তুপলে। সিননাইপা সঙনাককি ঈরেনতা তারে। মতোংতি খারমতা পিচারে। মরুতী তাংখুনতা পীচারে। মকোকতী মোংপি চীংকি লাই কংলাকি ফমপান লাংকি মখাতা থমলে।"

— কংলা লাইফম।

পোংতা পাইরকলে — থাঙ কাইরেমপানা পোং লৈবাক্তা পাইরকলে, য়ৌরক্লে।

পোং — পোং লৈবাক, মণিপুরগী নোংপোক মাইকৈদা লৈরম্বা মতম অমদা য়াম্না খুংকন পাঙ্গল্লম্বা লৈবাক অমা অমদি লৈবাক অদুগী মীওইশিংবু মৈতৈনা পোং কৌই। হৌজিক্তি ওব্রা লৈবাক্কী মনুংদা লৈখ্রে।

পোং নিংথৌ — সুকান্ফা কৌবা পোং নিংথৌ অদুবুনি। মাগী মমিং হান্না সামঙাম কৌরম্বনি। নিংথৌ ওইরবা মতমদা সুকানফা কৌখি। করম্না মমিং হোংখিবনো হায়বগী মতাংদা অসুম্না ইরি — "মরঙৌনা লৈতারাপাতা সামঙামনা নিংথৌ ওইএ। অসুমনা পাল্লবদা মমিং হোংএ। সুকানফা কৌএ। করিকি মিং হোংপানো হায়রাপাতী নিংথৌ সনা সংকায় সারাকে হায়পাকি মনাই মখুন লৈপাক পুমনামক নিংথৌনচিংনা চৎতুনা উ য়াললুপাপু লাইথাপা কবো খাচিপু য়ানথেকলতুনা থৌরী চিংলিঙৈতা উনুংতা লৈপা কৈনা চেনথোকলকতুনা মীকি মফি মুললএ। অতুকা খব্রাংতা য়েৎলে। মীকি মরকতা কৈসু য়াওনা

উরাউনরকপাপু নিংথৌনা তারতুনা হংলকলে। অঙমপা পূমনামকনা খুমলকএ— হে নিংথৌ ওনথোক্পানে করম য়াইফপানো সনা সঙকায় সাপাপু কৈ য়াওনা উ চিংলকএ হায়না খুমলাপাতা নিংথৌতী য়ামনা হরাউরে। অতু ওইরপাতী ইমিংসু হোঙসে হায়না কৈকি লৌনা সুকানফা কৌরে। লৈপাক পুমনামকনাসু খঙলো হায়না মিং হোংখিয়ে।"

—সরারেন মচানা খুনকুমবা

<u>সময়োকফাপা</u> — পোং নিংথৌ সুকানফাগী মনাউনি। "সরারেন মচানা খুনকুমবা" কৌবা লাইরিক্তদি মাগী মমিংবু সাম নত্রগা সামলোং হায়না কৌই। হায়রিবা লাইরিক অসিদা মহাক্লা পাসা লৈবাক্লচিংবদা লান্দারুরবা. মতুংদা মণিপুরদা চঙলকখিবগী ব্রারোল অসুম্না ইরি— "সুকানফা নিংথৌনা অসুমনা মচিন মনাউনা পাললাপাতা কনাকুমপা নিংথৌ পানপা অমতানা কুমকি লোইপোৎ কৎলাতালাপাকি ময়ামমা নিংথৌনা শাউরে, মনাউ সামলোংপু কৌরে। নঙনা লোইপোৎ পুমনামক থৌখৎলুও। নঙঙোনতা নোললাতাপা লৈপাকসিংতো নঙনা থোকপা তৌরমও হায়থোকখিরে। ময়ামমাকি য়াথং লৌনা নোংপোকলম লোই থৌবা চৎখিরে।......... অতুতাকি হনলকতুনা ময়ামমা নিংথৌতা নোংপোক লমকি নিংথৌ পানপা পুমনামকনা নোললমপানা মমায় পাকলকপাপু পাউতমলে।নিংথৌ নিংথৌশিংনা কৎলকপা লোইপোৎ পুমনমাপু কৎলে।

অতুকি মতুংদা ময়ামমা নিংথৌনা হায়— হৌচিকতী নোংপোকলম খঙ্লে। নোংচুপলমকি মাইকৈকি নিংথৌ পানলিবা কললি কললি হায়রিপা ময়াং, পাঙল, সুদ্র, পাসা নিংথৌনাচিংবা খৈপিকপু নঙ্গা সোকনারুও হায়না য়াই হিকোক মানপাপু য়েংবমকতা মী খৈপীককি পুকনিং হুপা সুমহৎপা ঙমপা য়াই অমা, কপাকথাঙ য়াইওইপা হাইরাপাতা মীমকতা তুপপা ঙমপা থাঙ, তা য়াইওইপা অমতী থিনলাপাতা মখুন লিসিং লিসিং থোকপা অমা, লীরুং য়াইওইপা খিংপামকতা নোং খাকপকুমপা, লীরী হাপতুনা কাপলাপাতী তেন অমনা লিসিং লিসিং থোকপা তেন অমা, চুঙকোই য়াইওইপা খুৎলাই খৈপিকনা চঙপা ঙমতারাপা অমা, থৌরী কোংকোই য়াইওইপা পুনলো হায়রাপাকা মথননা পুনপা অমা, থেংকু য়াইওইপা সু হায়পাকা মথননা সুপা অমা, খুৎলাই মরম নিপান অসিপু উৎতুনা ঙমনা কিহনলো। য়াই নিপানমা অসিতী লাইনা নঙোনতা পীবা অরেপপানে খঙও। নঙনা ঐঙোনতা থমলমকাতাপা য়াইতী সেকআউ কাপা য়াই অমা, কপাকথাঙ য়াইওইপা অমা, উৎপামকতা মী খৈপিকনা খাংপা ঙমতপনা তুরাপা য়াই অমা, চুঙকোই য়াইওইপা সোকলু পায়রুবদা লিশিং লিশিং থোকপা চুঙকোইনে, য়েনচি য়াইওইপা সনাতা য়াইওইপানে, চিক্ফা কৌপা য়াইনে। য়াই তরুকমা অসিতী য়ামমাকি য়ীম্ ফমপা য়াইনে থমলমও। অসুমনা মচিন মনাউ ঙাংনারাপাতা সামলোংনা নোংচুপ মাইকৈ লমতা মতিক ওকপা অঙমপা মনাইসিংপু লোইনাতানা চৎখিরে। অসুমনা লাকপপু নিংথৌ পানপা কনাকুমপা অমতানা পললমতে। অসুমনা

লাকতানা পাসাকি ঈশিং খোং মপানতা তেংকোন সাতানা লৈরুরে। অতুপু পাসা নিংথৌনা তারে। মনাই অঙমপা সিরকতানা হায়রএ। কনানো ঐকি লৈপাকতা লাকপা নঙপু লৈপাক লৌকে লাকলপাসু য়ামতে । লৈপাক নিংথৌ পানবা অমতা লৈকে লাকপা ওইরাপাসু য়ামমল্লে হায়না পাসা নিংথৌকি য়াথংনে হায়না হংপাপু সামলোংনা হায়এ। হে পাসা নিংথৌকি মনাই অঙমপা-ও । ঐনা লাকপাতী লোই থৌপা লাকএ। নখোয়না অফপা তৌকে হায়রাপাতী চানা থকনা পুরক্তুনা কৎলো। অরাবা ফংনিংলাপাতী লাককুনো হায়রাপাতা অঙমপা অতুনা পাসা নিংথৌতা সামলোংকি ব্রারম অতুপু তমলুরে । পাসা নিংথৌনা খনতুনা হায়। মানা ফনা থোইনা হায়পা অসিপু নতিক খঙসি । চানা থকনা পুমনামক পীরুও। রাহাইতী নঙকি নতিক খঙতানা করম লোই হাকাপানো। ঐখোয়না নঙঙোনতা লোই হাকাতাপাতী নুঙকি চিঙ নুমিৎ খললিপা অসিপু কাপাখাইপা ঙমলাপাতী নঙনা হেনপা অরেপপানে হায়রুও হায়না সিরকএ। পাসা নিংথৌকি ব্রারম পুমনমকতো সামলোংতা তমলে। চানা থকনাসুঙ কৎলে। রাহৈ অতু তারাপাতা সমলোংনা চিঙ অতু কাপখাইকে হায়না লীরুং য়াইওইপা লীরি হাপপাপু নোং খাকপাকুমএ। অসুম তৌনা চিঙ কাপখাইরে । নুমিৎসু চোংথোকলকলে। পাসা লৈপাক পুমনামক ইঙান ঙাললে। অতু উরাপাতা পাসা নিংথৌনা য়ামনা কিরে। সামলোং অসিতী মী নংতে লাইনি হায়না মাকি লৈপাক অফপা পুমনামকক্কা সনা লপা সাকোন

সামু পুমনামাপু কৎতানা খুরমলে। অতুপু উরাপাতা সামলোংনা পেনপিরাতুনা পাসা নিংথৌপু কোনপিরে। অতুতা সামলোংনা হায়এ। হে পাসা নিংথৌও নুঙাইনা লৈও কুমসি মতম ওইরাপাতা নঙনা য়ামমা নিংথৌতা লোইপোৎ কৎলো। অসুম হায়পা তারাপাতা পাসা নিংথৌনা হরাউনা য়াচাহৌএ।

অতু মতুংতা সামলোংতী চাত্রা তৌরকতানা নোংপোক মাইকৈ অসমবারোমতা লাকতানা ময়াং লৈপাকতা থুংলরে। অতুতাকি গব্রাই ঈখৈপু চিঙচেং লাললকতুনা মৈতৈ লৈপাককি ঙাপ্রুম চিঙচেংতা থুংলারে। সামলোংনা মৈতৈ লৈপাকপু উরাপাতা হায়এ। অসিতী করি লৈপাকনো পাৎথি কোমথিতা লৈরিবা রাইখুরোক অপিসা অসিতা হিংচা য়াইতমপারা হায়না য়েংএ। ঐকী সাকোন সামু সামী লামমী অসিনা নেৎলাপাতী মাংলাকানি হায়তুনা অব্রাং মাইকৈরোমতা কবো সামৈরমতা চৎখিএ। থৌপান মরু য়ৌরাপাতা মৈতিংঙু খোঙ্‌তেকচানা তারাতানা ঐকি লৈপাক চংলমতানা করিকি চৎপিখিবনো চংপিরকও হায়না কৌরাপাতা সামী লামী সাকোন সামু পুমনামাতী ঙমনা চৎহনখিরে। চংলমতারাপাতী ফৎতারে হায়তুনা মী লখা অমতাকা লোয়নাতানা লাকলে। ক্রাং ইংখোনতা থুংলে। সামলোংতী অপোং ইংখোনতা থুংলে। মৈতৈ নিংথৌকা উনারে। সামলোংকা ব্রারম অচেৎপা খৈপিক ঙাংনারে। মৈতৈ নিংথৌ নঙকি মখুন অহোপা অসিতী করিনো হায়না হংপাপু মৈতৈ নিংথৌনা খুমএ। কংলা মেন কৌএ। নুঙপাক অসিতী করিনো হায়রাপাতা কুচু কৌএ। অসুম হায়না

খুমলাপাতা সামলোংনা হায়। নঙকি লৈপাক অসিতী অরুপা লৈপাক ওইরে। হয়েং চূককি মতম ওইরাপাতা সংসারকি লৈপাক মখোই কুচু কৌপা নুঙপাক অসিতা পাসাতাকি পনতিৎ অমা, খাকিতাকি পনতিৎ অমা, ঔব্রাতাকি পনতিৎ অমা, পোংতাকি পনতিৎ অমা, নংকি মৈতৈ লৈপাকতাকি পনতিৎ মরিকা নুঙপাক অসিকি মথকতা ফমতানা পুরান ফাকতানা ব্রায়েন তৌনারাকাতানে। নঙকি লৈপাক অসিতী অরুপা লাইকি লৈপাকনে হায়না মৈতিংঙু নিংথৌপু থাকৎপিরমএ''।

কুব্রাই— থ্বাই তুরেল।

তখেন— ত্রিপুরা লৈবাক।

থেংলাপাতা— লান্দারকপদা

থাঙ কাইরেমপা— পাথংবনা মচানুপা পাইখুদা নোংপোক মাইকৈ ঙাক্লুনবা থাখিবদা পীখিবা থাঙনি। সামলুংনা পাসা লৈবাক্লচিংবা লান্দাবদা থাঙ অসি শীজিন্নখি।

অপোং ইংখোল— ইম্ফালগী কংলা কোনুংগী নোংপোক থংবদা লৈবা লম অমা। পোং নিংথৌ সুকানফাগী মনাউ সানলোংনা পাসা অমদি তখেন লৈবাক্লচিংবদা লান্দারুরগা হল্লকপদা লৈরমবদগী মফম অদুবু অপোং ইংখোল হায়না খঙনখি। পাথংবনা নোংপোক মাইকৈ ঙাকলুনবা থাখিবা মচানুপাদা পীখিবা থাঙ চোঙকমপা অমদি থাঙ কাইরেম্বা অনীগী মপান্না পোংনা মৈতৈদা চহি ১০০ পান্দুনা লৈরম্মে হায়না থাঙলোন থাঙচৎ কৌবা লাইরিক অসিদা ইরি। অদুবু অতৈ

লাইরিকশিংদদি অপোং ইংখোলদা চহি ১০ লৈরমএ হায়না ইবা থেংনৈ। পোংনা পাল্লম্বগী ব্রারোল থেংনদে।

ফুনান তেনহৈবা — মণিপুরগী পুৱারীদা তেনগী মহৈ হৈবদা খ্বাইদগী হেন্না মমিং চৎলবা ফুনান চীংদা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লমবা ফুনান নিংথৌ তেনহৈবা। তেনগী মহৈদা অদুক্কী মতীক হৈরম্বদগী মহাক্কি মমিংবু ঙসি ফাওবদা মৈতৈ অহল লমনশিংনা লাইব্রা তিনব্রা শক শোনবদসু শীজিন্নরি।

ফুনান তেনহৈবা অসি মৈদিংঙু তাউথিংমাংগী (খৃ:২৬৪-৩৬৪) মতমদা লৈরম্বা মীশক্কি হায়বসি চৈথারোল কুম্বাবদগী খঙবা ঙম্মী। "তাউথিংমাংগী হাকথকতা ময়াম্বা য়োইমোংবগা লোয়নদুনা মণিপুর লৈবাক্কী তুরেল খৈবিক অসুম তৌথখিবদা লিলোং হেক য়ৌবদা ফুনান তেনহৈবা কৌবা অমনা ঐগী লমদা তুরেল তৌফদে হায়বদগী ময়াম্বা য়োইমোংবনা নোংচুপ পাংনা থৈথখিদুনা তৌখ্রবদা মনাও তাউথিংমাংনা ইয়াম্বা কয়া কুইখ্রবগে হংবদা ফুনান তেনহৈবনা কুইখ্রে খুমএ। তাউথিংমাংনা ইয়াম্বা ফংনবা তুবৎ শমগে হায়বদা ফুনান তেনহৈবনা ইরমনি চৎফরোই হায়দুনা লান শোকনৈএ। ফুনান তেনহৈবগী তেন্না তাউথিংমাংবু কাপখায়এ। খোয়রি লিনশাং থোক্লুনা ঈনা ঈঙাও ঙাওনা তাউথৈএ। অদুগী ঙাংলৌ কৌখিএ।"

খুমনকি কংলা — খুমন নিংথৌশিংনা থৌবালদা কোনুং ওইদুনা পাল্লিঙৈদা লৈরম্বা খুমন লৈবাক্কি কোনুং। ফুনান তেনহৈবনা খুমন লৈবাক্তা শাইদাংদুনা লৈখিবা মনাউবু পীও য়াদে হায়বগী

ব্রাহৌদগী শাওদুনা ফুনান চীংথক্তগী খুমন নিংথৌগী কোনুং তম্মা তেন কাপথরকপদা খুমন নিংথৌগী য়ুমজাওগী সায়পুদা তেন্না য়ুংখি।

থৌবালদা লৈরম্বা খুমনগী কোনুং অসি মতুংদা খুমন নিংথৌ লাইফেঙবনা পানবা মতমদা নোংয়াই লৈকোইপুংদা ( ময়াং ইম্ফাল ) হোংখি। খুমন নিংথৌ অদোন লাইফেঙবনা খুমন মবায় চায়থরক্লবদা, কোনুং হোংলগে নিংলদূনা মাইবা মাইবী থৌনিহন্দুনা য়েম্বা অমগা য়েম্বী অমগা য়েনহিং থাদুনা নুঙাই য়াইফনা পানগদবা মফম য়েংলুনবা য়েনগী খুদুং ইন্নবা খুমন মমাইববু থাখি। নারক মোংশোং মরক্তা য়েম্বী অদুনা মচা ১৫ কোক্লুনা লৈরম্বা থেংনখি। শানা ঙানা শোকপা পনবা তৌদনা তেক্ত কাইদনা য়েনশিং অদুনা লৈরম্বা মফম অদুদা কোনুং ওইরবদি খুমন মনিন নাইনা পানবা ঙমগনি হায়বা খুমন মমাইবগী পাওতাক্তগী খুমন নিংথৌ অদোন লাইফেঙবনা নোংয়াই লৈকোইপুঙদা খুমন কোনুং হোংখি।

<u>ফুনান তোনপা</u> — ফুনান নিংথৌ তেনহৈবগী মনাউ।

<u>পানা মরি</u> — অহল্লুপ, নাহারুপ, খাবম অমসুং লাইফম কৌবা মৈতৈগী মরু ওইবা পানা মরি অমসুং মদুগী মনুং চনবা মীয়াম। পানা হায়বসি লমদা খায়বা নত্তে। য়ুমনাক শাগৈদা খায়রম্বনি। মফম অমতদা হায়বদি য়ুমনাক শাগৈ ময়াম পুন্না তামিন্নবা খুল অমদসু পানা মরিমক্কি মীওইশিং লৈবা য়াই। য়ুমহোং খুলহোংবনা পানা হোংগদবা নত্তে । নিংথৌগী অয়াবা য়াওদনা কনাগুম্বা অমতনা পানা হোংদোক হোংজিন তৌবসু

য়াদে। পানা অমদা লৈরম্বা শাগৈ নিংথৌনা অতোপ্পা পানা অমদা ওনবিবদি য়াই। খুদম ওইনা চীংথংখোম্বনা হোংনেমশুম্বমবু লাইফম পানা ওইহনবীখি। মৈদিংঙু খুমোম্বগা খুমন নিংথৌ পিথোন লাইবগা কৈবী শওম্বুংদা শোক্লবদা নোংয়াই পিথোন লাইবনা তকশিল্লকপদা মদাইরেম হোংনেমশুম্বা নিংথৌকনবনা মৈদিংঙু ইবুংঙো তাও-ও। নদাইরেম ঐদি খোইমা ইমাই ওল্লোই নোংয়াই পিথোন লাইবনা শোক্লহৌগে মোমনু তালোই মরুপ্পীবু হৈরাং মচা য়ান তাউজিং মরু পন লোইদাম থাবুম শুহৌরে । ইপারী শাৎলরবদি লাইরেনলক্কা থম্বীও । ইমোম ফুইনরবদি তালোয়শিংদা চনবিও হায়না নোংমনখিরে। মৈদিংঙু খুমোম্বনা মাগী ধারগী মখৈ অৱা অনা কোকপিখি। মৈদিংঙু চীংথংখোম্বনা শাঙাইব্রৌ লাইগী কুম শক ১৭০৬ তা হোংনেমশুম্বা নিংথৌকনবগী ধারামখৈ লৌখৎতুনা লাইফম পানাদা তিলহনখি।

খৃ:১৮৯১ দা বৃটিশনা মণিপুর লৌখিবদগী লমদা ওইনা খায়দোকপা পানা মখল অমা হৌদোকখি। মসি খাজনা খোমগৎপা অমদি লৈঙাক পাথাপ্পা খুদোং চানবগীদমক বৃটিশ সরকারনা খায়খিবনি। খাজনা থিনবা শঙলেনশিংদি লাইফমগীনা থৌবান্দা,খাবমগীনা ইরিনপুংদা, অহল্লুপকিনা লমাংদোংদা, নাহারুপকিনা লমশাংদা ওইনা থমখি। ইম্ফালগী মখৈনা ইম্ফাল পানা ওইখি। অদুম ওইনমক লাইগী তিনগী অমদি সমাজগী ওইবা থৌরম পুম্নমক্কংদি মমাঙৈদগী চৎনরকপা মওং অদু কাইহন্দনা মখা তানা চৎথরকখি।

নাউ য়ানলে — মপুক কংলে, গর্ভ লৈরে।

সেনলোই লংমাই — নোংমাইজিং চীংদা লৈরম্বা মীওই কাংলুপ।

য়াঙ — যুমগী য়াঙলেন।

খৈনা — লোইনা।

খাখোং — কংলাদগী চেনথখিবা খোং ৩গী মনুংদা অমা (খাখোং, লাইখোং অমসুং মরোংখোং)।

কাংপোকপি — হৌজিক্কী ইম্ফাল মিউনিসিপালিটি লৈরিবা মফম।

নুংচেং — কংলা মনুংদা লৈবা নুংজেং পুখ্রি।

মঙান নাইরে — মতিক মঙাল চাউরে।

তেনতোং — তেনগী তেনচৈ হাপ্পা উতোং।

নুখারাতী — লূখ্রাবীদি।

লৈকিনথাখিরে— লৈবাক নিংখায়রক্লে।

য়াওসু লাকপা — মোইরাং লৈবাক্কি ফম্নাইবা।

কিয়াং ইংখোল — কংলাগী নোংপোক্তা লৈবা লম অমা।

চেংথা ফৌথা — ফৌ-চেং পীদুনা।

মৈতৈ লমপু — মৈতৈ লম্বু।

হাওথাঙ সাইরেমথাঙ— থাঙ খুনখুপা।

সানোংপা — খৃ: ১৫৯৭ তগী ১৬৫২ফাওবা পানখিবা মৈদিংঙু খাগেম্বগী মনাউ ইবুঙো।

য়াংকোই — লম্মাংদোংদা লৈবা য়াঙ্গোই তুরেল।

মোংপিচামপা — খুমন শলাইগী মোংবীজম শাগৈদা পোকখিবা মমিংনা হাওমু য়ারাবা কৌবা মৈদিংঙু খাগেম্বগী মনাই অথৌবা। মৈদিংঙু খাগেম্বা সনা হাক্তক্তা মংকন মুসলমানশিংনা মৈদিংঙুবু শ্বাই তুরেলগী ঘাটি হিদেন্দা উনমিন্নদুনা মরুপ মপাং ঙাই ওইনসে হায়দুনা কবুই আসম লৌওনববু পাখোল ওইনা থারকখি। মনুংদদি মৈদিংঙু খাগেম্ববু ফাদুনা মংকন লৈবাক্তা পুখিনবা থৌরাং পুম্নমক শেম শাদুনা থমখি। মংকন খুৎশম্নবা শ্বাই তুরেলদা মংকনগী হীদা অদোন মোংবীজাম্বনা হান্না কাখৎখি। মৈদিংঙু খাগেম্বনা মংকনগী ব্রাকয়ৈ হিদা হেক নেৎপগা মংকনশিংনা নোংমৈ থাদুনা মখোয়গী হিদু হোম্বা হৌরক্লবদা মৈদিংঙু খাগেম্বানা আনমখা, পাতনখা, মংকনখা কৌবা মংকন অথৌবা অহুম্বু মংকনগী হি মনুংদগী চীংথদুনা ফারবা মতুংদা মৈদিংঙু মশামকসু নানথোরকখি। মংকনগী হিদা হান্না কাখৎখিবা অদোন মোংবীজাম্ববুদি কনবা ঙমহৌদদুনা মংকনশিংনা মখোয়গী লৈবাক্তা ফাদুনা পুখি। য়োৎহিং ফলাং চনদুনা মংকন লৈবাক্তা বন্দি ওইনা কুইনা লৈরুরবা মতুংদা মরৈবাক্তা অমুক হল্লকখি। মৈদিংঙু খাগেম্বনা মশামক মাকলং তান্না লেংদুনা মোংবীজাম্ববু লমওকপীখি। মৈদিংঙুনা মনাই অচানববু ইরু শানদেংহন্দুনা মহাক্না ইরুজবা মফম অদুবুসু অদোন মেংবীজাম্বা হাওমু য়ারাবা ইরুফম অদোন মোংবীজাম্বা ইরেন হায়না মমিং থোনবিখি। মহাকপু নহারুপ শঙলেনগী শঙলেন তেংমাই থিনবা হাপতুনা ইকাই খুম্নবীখি।

মোইরাং শাথি — মৈদিংঙু খাগেম্বা সনা হাক্তক্তা লৈরম্বা অফাওবা মাইচৌ।

থাঙকা কমপোং — চেংলৈ শলাই।

চিরংলেন কিংনাইবা — লাইয়িংথৌ পাখংবদা সিদবা মপুনা পীদুনা শৃহনখিবা থাঙ অমা।

লাইয়িংথৌ সামৈরাং — খৃ: ৫১৮দগী ৫৬৮ ফাওবা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ। মৈদিংঙু নাওফংবনা থৌবান্দা পাম্লম্বা খুমন নিংথৌ যোইরাংপোক পুন্সিবগী মনাউ য়াইমা কচেং খুয়ী য়াবনা পোকপি খরোইবোন কাইরৈমা পাম্নদুনা পোকপা মচানি।

লাই পাখং খাংচেন—কংলাদা লৈবা মফম অমা।

নুপী থোঙ — কংলা মনুংদা লৈবা থোঙ অমগী মিং।

চৎলম — কংলা মনুংদা লৈবা মফম অমা।“পাখংবগী য়াই ১৩দি চৎলমদা লৈবনে” — নুংলোন্।

য়ীনা — ঈনা।

---( )---

# নিংথৌলোনকি থাঙ্

লাইয়িংথৌ তাইপঙপান্পাকি মপু নহাক্পু খুরুম্না য়ীকে। নিংথৌলোন্কি থাঙ্ হায়কে।

নাউফংবাকি থাঙ্দি কপ্ সু লেং কৌএ। মানা লৈবা মফম্তী অপোং য়িংখোন্কি লৈতোংদা খুতুপ তরেৎ লুনা লৈএ।

সামৈরাংকি থাঙ্তী অনীনে। লৈমারেন্না সামৈরাংকি মমঙ্কি পীপা থাঙ্তী মমিংতী খোম্লেন্ তোংপা কৌএ। অতু পীলাবাতা নিংথৌ ওইএ। মীনা লাইনা উকনে হায়তুনা নুঙ্খম্তা থম্লে। অতু তম্না থাঙ্ অমা সাএ। থাঙ্ মমিংতী মি তোং তুপ কৌএ। তেম্ সাপানে। মানা লৈপতী মীকপ্ পোইলৈখোংতা লৈএ।

উরা কোন্থৌপাকি থাঙ্তী অনীনে। অমতী কদাম্তা লৈএ। করিকি লৈবনো হায়লাপাতী কাদাম্ মপু য়িহল্লোঙ্না সোয় সেল্নাএ। অমতী লৈরু খোম্পা কৌএ। মানা লৈপাতী কুম্সঙ্ পাৎতা লৈএ।

নাউথিঙখোংকি থাঙ্তী য়ীপু ফাবা কৌএ। মানা লৈপাতী তোলোং য়ীম্ফম্তা লৈএ।

খোঙ্তেক্চাকি থাঙ্তী অনীনে। অমতী নোংমাতোন্তা কাখিএ। সম্পুম্ ঙম্বা কৌএ। অমতী নূলা ফাবা কৌএ। মানা লৈপাতী সালিন্ লোক্তা খুতুপ্ মঙা লুনা লৈএ।

কৈরেন্চানে, য়ারাপানে, অয়াংপানে,নিংথৌচেংনে, চেংলৈ য়ীপাল্ লান্থাবানে, য়াংলৌ কৈফাবানে, নিংথৌ তরুক্মা অসিতী থাঙ্ সাতে। ফম্পাল্ থাঙ্তা সাএ।

কাইনৌ য়ীরেংপাকি থাঙতী থাঙ্ তরা সাএ। অমতী নুঙ্মাত্রেঙ্ ফাবা কৌএ। মানা লৈবাতী খোইতোঙ্পুঙ্তা খুতুপ্ মরি লুনা লৈএ। অমতী খোঙপোমপাকি মওং তমনা সাএ। খোঙ্পোম্পা কৌএ। অমতী চিলাইবা কৌএ। অমতি সলাইবা কৌএ। অমতী সিল্লেন্থাঙ কৌএ। থাঙ্ তরামা অসিতী য়ীরেংপানা লোই কুম্পাতা পুখিএ।

লোইয়ম্পানে, লোইতোংপানে, অতোম্ য়োইলেন্পানে নিংথৌ অহুম্মা অসিতী থাঙ্ সাতে । ফম্বাল্ থাঙ্তা সাএ।

থব্রান্থাবাকি থাঙ্তী মী লু তুপ্ কৌএ। মানা লৈবতী সলিক্পুঙ্তা খুতুপ্ তরেৎ লুনা লৈএ। থব্রান্থাবানা নিংথৌ ওইতালিথৈতা থাঙ্ অমা লোঙ্ অমা তেন্লোঙ অমা লোয়চাএ। লোঙ্কা তেন্কা তেক্এ। থাঙ্তী তেক্তে। নিংথৌ ওইরবতা লোঙ্কা তেন্কা সাএ। থাঙ্ মমিংতী মৈপুন্বা কৌএ। খুমন্ লম্ চল্লুবা হন্লক্পাতা হৈপোক্তা লৈমালেন্কি খুফম্তা খুতুপ্ মরি লুনা থম্লম্এ।

চিন্থাং লান্থাবকি থাঙ্তী নোংপোক্ঙম্পা কৌএ। মানা লৈপাতী পুম্সাইখোংতা খুতুপ্ তরেৎ লুনা লৈএ।

পূলান্থাবানে, খুমোমমপানে, মোইলাম্বানে, নিংথৌ অহুম্ অসিতী থাঙ্ সাতে। ফম্বাল্ থাঙ্তা সাএ।

থংপী লান্থাপাকি থাঙ্তী অনীনে। অমতি মোংসাংকৈতা লৈএ। অমতী মওংতী হাওথাঙ্নে। মমিংতী সুম্পা মৈরোম্পা কৌএ। থৌলোইচমতা থৈলমএ।

খুমোম্পাকি থাঙ্তী লাইথাঙ্নে। মমিংতী কপ্ সেন্ লাইরোংপা কৌএ।

অঙাড়ঙাকি থাঙ্তী অহোঙ্খুফম্তা লৈএ।

কোংয়াম্পাতী থাঙ্ সাতে । ফম্বাল্ থাঙ্তা সাএ।

তেল্হৈবানা থাঙ্ অমা তেন্পী মাপাল্কা সাএ। থাঙ্ মমিংতী তোং তিং সম্বা কৌএ। থাঙ্সুঙ্ তেন্সুঙ্ য়ীচাই মরুতা খুতুপ্ মাপল্ লুনা লৈবনে।

তবুংবাগী থাঙ্তী অনীনে। অমতী থাঙ্সাংনে। অমতী তোন্কোন্বনে। অমতী সালিলোং কৌএ। অমতী হাওসাং ঙম্বা কৌএ। অমতী পুম্সাইখোংতা খুতুপ্ অহুম্ লুনা লৈএ।

লাইরেন্বানে পুন্সিবানে নিংথৌ অনীতী থাঙ্ সাতে। ফম্বাল্ থাঙ্তা সাএ।

নিংথৌখোম্পাকি থাঙ্তী মাপল্নে। অনীতী মুতুম্তা থৈলম্এ। তরেৎতী নুঙ্কোইপীতা খুতুপ্ অহুম্ লুনা লৈএ।

কিয়াম্পাকি থাঙ্তী লাইরেন্পা কৌএ। মানা লৈবাতী লম্ফেল্ মরুতা খুতুপ্ অহুম্ লুনা লৈএ।

কোইরেম্পা, লম্কাইঙম্পা, নোংয়িন্ফাবা, কবোম্বা, তাঙ্জাখোম্বা, চলাম্বা নিংথৌ তরুক্মা অসিতী থাঙ্ সাতে । ফম্বাল্ থাঙ্তা সাএ।

মুংয়াম্বাকি থাঙ্তী লাইথাঙ্ লাইরোংতুপ্ কৌএ। মানা লৈপাতী তাউপুঙ্খেন্চা য়ুম্ফম্তা খুতুপ্ মরি লুনা লৈএ।

খাকেম্বাকি থাঙ্তী অনীনে। অমতী মোংসাংকৈকি কৈখোংতা লৈএ। অমতী ব্রাঙ্পল্ সুব্রাইপীকি খুফম্তা খুতুপ মঙা লুনা লৈএ।

খুন্চাওবানা সাবতী থাঙ্ অমা তেন্পী অনীকা সাএ। মানা লৈবাতী লূব্রাং খোংচিতা লৈএ। খাংসুনাহা তাতী খাংসুনাহা লাইরবানা পলেম্ মমা য়াওলৈপা চনুদা হায়এ। তা অমতা ব্রাইপিও হায়দনা মমানা ব্রাইবপু খঙ্তলে। মমঙ্তা লাইনা তাক্লাবতা সাচৈব্রাতাকি খাঙ্এ। খাংসুনাহা তা কৌএ। অসি লৈরম্এ হায়বকি তোন্নাবাকি য়ী ওইহল্লে।

পাইখোম্বাকি থাঙ্তী মরিনে। পাখংবনা সাকোক্ চিঙ্তা পীবা থাঙ্তী সম্কোন্ কৌএ। অসিতী থংকান্ চিঙ্তা লৈএ। অহুম্তী মানা সাপানে। অমতী লাইঙম্ কৌএ। অমতী লয় লূতুপ্পা কৌএ। অমতী পুঙ্কোইবা কৌএ।

লাইয়িংথৌ তুবী চলাইরোংপানা সাবা থাঙতী তরেৎ মরুতা লৈমালেন্কি মসক্ লৈপা খাঙ্লপ্তাকি য়োৎ মতেক্ অমা কক্তনা সাএ। চলাইরোংপানা অতু লৌবা চৎপদা হন্লকপাতা উচান্ মখোঙ্তা পোৎথাএ। নুংশিংনা মনা লেঙ্বা উতানা উচান্ নঙ্তী মাঙ্লাকুনো হায়রম্এ। ব্রানা নিংথিপা অমসুঙ্ কোক্তা তালক্য়ে। নিংথি হায়তানা পুলক্য়ে। থাঙ্ অনী সাএ। ব্রানা অতু মান্বা তা অমসুঙ্ সাএ। অমতী খুম্পোম্পাকি মওং তম্না সাএ। খুম্পোম্বা কৌএ। অমতী

চেক্‌লাউপীকি মওং মান্‌এ। মমিংতী পুকন্‌বা কৌএ। পুকন্‌বাতী তখেন্‌তা লৈখিলে। অমলক্‌ হন্‌লক্‌তানা লোক্‌তাক্‌তা তালে। তাউয়ান্‌কি লুতা চঙ্‌লে। লাইনে হায়লাপাতী হয়েং ঐকি হিতেন্‌দা লৈরম্‌ও। থাঙ্‌ মহাক্‌তী থাঙ্‌কা চিঙ্‌ নিংথৌকি শুফম্‌তা লৈএ।

—( )—

